# চীং-তম তিন ৱারী

(১৯৮১)

আরন্ত হোমা

কোমলাথাবী

মমল লুপা ৭·০০

# য়াওক্রম

পাবীরিং শিংদা নিংশিংজবা

লাইব্রিক্কী লোইশিল্লকপাদা ইংলিশনা নম্বা শরুক্কী লমায় ১০ দা কবো তম্পাক হায়বা হিডিংগী মথাদা ইরিবসিংগী পরেং অহুমদা মনিপুর সরকারদা হায়রগা চহি খুদোংগী লুপা ৬২৭০ অসি বর্মা সরকারনা পীখিবনি, হায়না তাগদবনি। মথংদনা প্রাইম মিনিস্টর মেহরুগা হায়বা অমস্তু হাপচিনবীগনি। অরাংপা অসিগীদমক ওকপীনবা হায়জরি।

# ৱাহৌন্দোক

চিং তম ৱারি খরা তিম্বা লেংকবা কংএল খোমা যোন কোমপাথাবি Miss মাখি B. A. কংএল যোম চেক্লমলাথাবি।

পোক ১৯৮১ ইং অনিশুবা চেকোং।

পোক ১৮৫২ ইং অহানবা চেকোং।

মনিপুর লৈপাক অসি এল্লৌতৈদগী হৌনা চিং-তম অনিমক পুকনিং খোংইজেন অমত্তা ওইনা তিম্না পাম্লিবনি। কনাগুম্বা পণ্ডিতশিংনা হিস্টোরিনচিংবা লাইরিক ইবা লেংবা মতমদা চিং তম অনিমক শোকনা লেংবা ইবা ঙমদে। মরম অসিনা ঐনা চিং-তম ৱারি খরা তিম্বা লেংজবা ইবা অসিদা অরান অশোই লৈবা তাকপিরবদি হরাওনা চুমথোকচগনি। অমসুং ঐনা ৱারি খোমবদা চিংথহৌবা অরাংপা, অরানবা পুম্নমক অঙংমগুম্বা চেংকোংদা চুমথোকচগনি।

হৌজিক কাংগী চাউখংপা মতুং ইন্না মাগী মাগী জাতিগী লোম্না হিস্টোরি ইবনা মনিপুরদা পানমিন্নরবসু জাতি অমগী জাতি অমনা হিস্টোরি থংনদে। মরম অদুনা ঐনা লম্না লংজিন খোমজিনা মৈতৈলোন্না ইজবা অসিদা ঐবু মুংশিবীদুনা লাইরিকসি মীপুম খুদিং লৈবিদুনা পাবিরবদি ঐগী নোমজবা মহৈ য়ানে নিংজগনি।

চিং তম ৱারি অসি অহানবা কোংজবা মতমদা পাংবিখিবা মী শিংগী মিং:—

১) শ্রীযুৎ মনিপুর মহ রাজ বোধচন্দ্র সিংহ হুয়েন লাখৌবা।
২) খৃষ্টান লুচিংবা টৈষা কিনোং কোম লিদর।

৩) ওঝা কে শিমরাই ভাংখুল লিদর।

৪) S. L লুননেই থাদোকুকী লিদর।

৫) কে কাথংঙাই কাবুই লিদর।

৬) ওঝা S. B ছমদিল মগ্নোল লিদর।

৭) কৈশো ঝাও লিদর।

৮) থমবৌ নিংথৌ চোথে।

৯) ওঝা L থুম থুং অনান লিদর।

১০) ডাক্তর কমপু L. M. P.

১১) শিংশোন থাইখোথং হেড লমবু।

মথক্তা হায়রিবা মীশিং অসিন বারি অয়ামবা পংবি। অমস্তং মখোইনা ভাকপিবা বারি মথকতু অনিশুবা চেকোংদা হাপচরি।

ঐগী অশোই অরন মমক মাপ তৌবিগনি নিংঙৈ।

আর থেংবা

# মোন জাতি
# লৈনুংদগী থোকপা

মোয়োল মোনসাং জাতি অসি মোন জাতি হায়নসু খঙৈ। মখোয়গী লোল্লা শিতিবুজর কৌই। মখোয়গী থোক-কমদি শিজুলদগী থোকই হায়নৈ। থোককমগী মিং লৌদুনা শিদগী শিরতি-জুলদগী বুজুল কৌখিবনি। মোয়োল মোনসাং অসিদি মৈতৈশিংনা থোনবা মিংনি। মখোয় অসি লৈনুংদগী থোকপনি হায়নরি অমসুং থোকপা মতমদা থোঙদা কৈনা ঙাইদুনা মীবু হাংলগা চায় হায়রি। কনাগুম্বা মীনা হায়নবদি চীনা লৈবাক্কী নুংগী পন্দগী থোকপনি। পনঙাকপা মীশিংনা অতোপ্পা লমদা চেনবা য়াদে হায়দুনা শক্লিশিংনা মীশিংদু হাংখিবনি হায়নৈ। কৈনা চিকপা, হাংপা নত্তে হায়নরি।

মখোয়না লৈনুংদগী থোকপদা থোঙদা হিংচাবা কৈনা ঙাইরগা হাম্না থোকপা মীবু কায়রগা হাত্তুনা চায় হায়রি। কৈ কিবনা মখোয় থোকপা ঙমখিদ্রে। কৈ অসি করম তৌনা হাংসিগে হায়না থৌরাং তৌনরে। থৌরাং তৌবা মীশিংঅদুদি অসিনি। রাংরুংগী মচা শিমক্লুতিনা পোকপা লাবুল, অংশা, থোমপুং, মখোয় মী অহুম্নি। রংচরগী মচা জিংরেনতিনা পোকপা মীরাং শেকাপ, মিনথি, থংয়াম, মিরুং মখোয় মী মঙানি। পুম্না মী নিপান অসিনা কৈ হাংননবা শিল্লে।

কৈ হাংনবা থোমপুংনা আইন শেম্লে। মিরুংনা থোঙদা হান্না পোক্রগা কৈ অচু হাংপা হায়না রাশক্লে। শেকাপনা লী-রুংগা য়োংকা পুথোক্লে। মিনথিনা য়েন পুথোক্লে। থংয়ম্না উচেক লাংমৈনচিংবা পুথোক্লে। অংশানা য়োংকী তেনজিন শেম্লে। মহাকপু থাং শাবা-মী হায়না হাপ্লে।

লাবুলগা মিরুংগা মখোয় অনিমা মাখোয়গী কাংলুপ্লা তৌবা থবক শুমক ঈশৈনা থেম্লে। ঈশৈ অসি তুংফওবা কাওদনবা থোনখিবনি অমসুং লাইবিক ইশিনবগুম্না ঈশৈনা থোনখিবনি।

মৌবাং শিনথ্রবা মতুংদা মীরাং লীরুংগা তেনগা পায়চুনা থোঙদা থোকননবা শেম শম্বে। অহানবদা মিনথিগী য়েন লাবা থোঙগী মপান্দা থারে থোঙদা কৈ লৈরবদি য়েন অচু খোঙদে অচুগা লত্রবদি খোঙই। যেনগী খুদম অচুনা থোঙদা কৈ লৈ লৈতে হায়বা মখোয়না খঙই নোংমদি মিনথিনা মাগী য়েন লাবা অচু থোঙগী মপান্দা থারে। য়েন অচু খোঙলে। মখোয়না কৈ অচু থোঙদা লৈতে হায়বা খংলে অমসুং উচেক ময়ামসু থোঙগী মপান্দা থারে। মীরাংনা লীরুং তেন পায়চুনা থোঙদগী মপান থোক্লে। কৈনা মীরাং অচু থোঙদা লৈবা উবচুনা মহাক তম্না চেনশিনক্লে। কৈ অচু য়েন অমসুং উচেক ময়াম্না ওমশিন্লে। কৈনা মখোয় ময়াম অচু লাক্লিবৈ মতমদা মীরাংনা তেম্না কৈ অচু কাপ্পুনা হাংলে। কৈ শিবা মতুংদা মীযাম থোঙদগী মপান থোক্লে। কৈ হাংপা মীরাং অসি জিংকর্তিগী মচা নিপা অহনমনি। আইন শেম্না থোম-পুং অসি শিমফুতিগী মঙাশুবা মচানুপানি। ময়াম অসিগী ময়ক্কা মহাক্কা লুচিংবনি। মঙাশুবা হায়বদি মোন জাতি অসি নিপাদা মিংথোল (তরা) লৈরি, নুপীদসু মিংথোল (তরা) লৈরি মচুদি হান্না পোকপা নিপাদা মোতি, কোতি, বেতি, অংতি, থোম্পা, মোম্নু, কোম্নু, বেম্নু, অংম্নু, থোম্নুক অসিনি।

ভুপীদা তিন্নু, তোম্নু, শংম্নু, পেম্নু থোমম্নু, তিন্নুক, তোম্নুক, শংম্নুক, পেম্নুক অমম্ভং থোমমুক্কি। আইন শেম্বা থোমপুংনা নৈন্নুংদগী থোকপদা কৈনা খোঙদা মী কয়া হাংখিবগে খঙনবা ইমুং খুদিংগী মী অশিবগী মশাং মতুংইন্না নুং পুরক্কুনা থোমপুংদা পীরে। নুং অহু মশাং থীরগা অশিবা মশাং খংনখি। মত্নগী মরম্না হৌক্তিক ফাওবা মোনগী জাতিশিংনা অশিরগী মশাং মতুংইন্না মাচে´ থাদা মংলা থাবদা পম্মোংদা নুং য়ুনৈ। নুং য়ুংবা অহু মশাং থীরগা খুন অসিদা চহিংগী অশিবা মশাং খঙনৈ।

মখোয়গী থোকুবা থোঙ অহু নুংজাও অমনা থীংলে। হাংখিবা কৈগী মকোক অহু কক্লগা থোঙদা য়ানখি। "মরমদি মখোয়না থোকত্রিহৈদা কৈনা হান্না থোক্কুনা থোঙদা ঐখোয়বু ডাইদুনা হাংপনি" হায়না নিংলে। অহুনা কৈ অহু অমুক থোক্কনবা হায়দুনা থোঙ অহু থীংখিবনি। হৌক্তিক ফাওবা মোন জাতিশিংনা খুন্দা অনা-অয়েক নৈরবদি মন, ওক, হাং-তুনা পম্মোং থীংনৈ অমম্ভং হাংখিবা শা অহু মকোক কক্কুনা পম্মোংদা য়ানৈ। পম্মোং থীংবা মুমিং অসিদা খুন্দা মী চংবা য়াদে। নামুংনৈ। খুন্দগী মা খোকপা নামুংদে। মী চংলক্কবদি মতিক চাবা দগি ভৌনৈ। অহুগা নামুংবদি নোংমা মুমিং অমতনি। নামুংবা মুমিংকীদমক খুন থৈনবা লম্বী অমা শেম্মই।

## কৈ হাংপগী মনা পীবা

আইন শেম্বা থোমপুংনা কৈ হাংপা মীরাং মীংথোন অমা পীরে। মীংথোন অহু খুনপু নৈপু হায়না ফম হাপ্লে। থোমপুংনা হায়রক্কই মীয়াংনা কৈ অসি হাংত্রবদি ঐখোয়না থোঙদা থোকপা ভমলোই। অহাক্লা কৈ হাংপদা ঐখোয় পুন্নমক থোক্কুনা জয় (মঙ্গল) ওইরে। মরম অসিনা থবক

পুন্নমক মহাক্না হান্না তৌরবদি ঐখোয় জন্ন ওইগনি অমসুং অতোপ্পা মীনা হান্না থবক তৌরবদি মঙ্গল ওইরোই। নামুংই হায়না খীংলে। মতুং কাওবা খুনপুগী যম অসি মহাক্কী মচা মশুশিংগী শাগৈদা হাপকদবনি, অতোপ্পা শাগৈনা ওইবা য়াদে নামুংই হায়না তাক্লে। উচেকশিংগী নিংথৌ লাংমৈদা কি অঙৌবগা অমুবগা অনি পীরে। হৌজিক উচেক লাংমৈগী মশা অঙৌবগা অমুবগা অসি কি অদুনি হায়নৈ। মহাক্তি (লাংমৈদি) উমং অচৌবা বন্দা লৈদুনা উহৈ-য়াহৈ অহাও অথুম চারগা মুংঙাইনা লৈজৌ অমসুং ঐখোয়না হরাও-কুম্মৈ তৌবা মতমদা নহাক্কী নশা অদু কোয়েস্তা হাপ্লগা হরাওবা উংকনি হায়না তাক্লে। মহাকপু বন্দা থাগ্রে। উচেক অতৈদি ঐখোয়না লৌ-শিং উরগা ফৌ-চেং অদু নখোয়না লেম্না চাগনি হায়না উচেকশিং অদু কৈগী ঈনা শংবিরে। হৌজিক ফৌ চারিবা উরিত মচা অঙাংবা অদুনি হায়নৈ। অদুগা য়েন-শিংদি ঐখোয়গা লোয়নগনি অমসুং মখোয়বু ফৌ-চেং চীঙাক থাক্লুনা মুংঙাইনা থমগনি। মরমদি ঐখোয়বু য়েননা নোং ঙাল্লে হায়বা তাকপী অমসুং য়েনখোং তমলগা অফ ফত্তবা খঙনৈ। য়েরুম থোংদুনা অফ-ফত্ত খুদম তাকপী অদুগা ঐখোয়না ইরাৎ পূজা তৌনদুনা দযা -শিন তৌদুনা য়েনহিং থারগা থরাই কনবি। য়েননা অমসুং য়েরুমনা ইরাৎ পূজা তৌবা মতমদা য়েনগী মপু মিনথি, থংয়াম মখোয় অনিগী মিং পন্দুনা ইরাৎ পূজা তৌনৈ।

## ঈশৈগী মরম

লাবুলগা মিরুংগা মখোয় অনিদি ঈশৈ হনবা হায়না কৌবিরে। মখোয়না (কাংলুপ্পা) তৌবা থবক পুন্নমক ছুং কাওবা লৈশন্নু হায়না ঈশৈনা থোনবিথি অমসুং অংশাদি থাং

শাবা ওঝা হাপলে। শেকাপ্পা লীরুং তেন শেম্বা শা-লানগী খুৎশু খুৎলাই শেম্বা ওঝা হাপ্লে। মখোয়গী থোক্নবা অহোবা থোঙ অদু লাবুলনা ঈশৈনা থোনখি। ঈশৈ অদুদি অসিনি—

হে আ এ বুতুম চে চং ও নকোইদুং হেনরুনা কোএ।
হে আ এ কপাম আ সিজুল মনশি ও নিংকোয়ে।

ঈশৈগী অর্থদি ঐগী ইচা অতোম্বনা ইমৌ পুরক্লবদি ঐখোয়গী থোক্লকম সিজুল অহোবা থোঙ অসি উহনগদবনি হায়খি। ঈশৈ অসিনা মখোয়গী থোক্লকম অদু সিজুলনি হায়বা তাক্লি। মিরুংনা হিংচাবা-কৈ হাৎপগী ঈশৈ থোনখি (শৈরেংখি)। ঈশৈ অসি ষণ্ডং হাংপা মতমদা শক্লে (য়ু-হোংবদা)।

ঈশৈ :— এ: ই: খুননা কাহংশু পেরেনা বোএ
শামং পানিংও কিমনচুংনিং আচ্চ।
শামং পানিংও কিমনচুংনিং আচ্চ এ
মীরাং শাপাও কিমনচুংশিংএ—

ঈশৈগী অর্থদি লৈনুংদগী থোকপা মতমদা হিংচাবা-কৈনা হায়খি—'অকন-অচোব ঐনি।' অদুবু ঐখোয়না মাবু হাংলে। মঙোম্দগী ঐখোয়না চাউব হেল্লে। ঈশৈ অসিনা কৈবু মীশিংনা হাংলি হায়বা তাক্লি। ঈশৈশিং অসি হৌজিক ফাওবা শক্লরি। নিপা অমনা মখোয়বু সিজুলদগী থোকই হায়বদগী মচাশিংগী মিংবু শিরতি অমস্তুং বুজুল থোনখি। শিদগী শিরতি কৌখি-বনি অমস্তুং জুলদগী বুজুল কৌখি। তুংদদি শিরতি-বুজুল জাতি হায়না খঙনখি।

---

# খোমপুংনা নিঙোল চনু লৌনহংগী আইন শেম্বা।

রাংকুংগী মচা শিমফুতিনা পোকপা ধারা-নালাশিংগা অমসুং রাংচরগী মচা জিংরেনতিনা পোকপা ধারাশিংগা মখোয় অনিগী নিঙোল-চনু লৌন-লৈনবা য়াই। অদুমনাদ ওইরগা নিপাশিংনা মহক্কী নুপীগী মমা মপাদা চহি অহুম য়াওং ইনগনি। য়াওং ইনবা চেংলোই হায়রবদি য়াওং ইনবগী মতুংদা মকুবোক্কী মগুং যণবা অমা পারবাদ মহাক্কী নুপী মাগী য়ুমদা (মপুরোইবগী য়ুমদা) পুবা য়াই। মসিগীদি আউন পোং পাদে, লৈতে। জিংরেনতিগী ধারা মশেন অমসুং শিমফুতিগা ধারা মশেন নিঙোল চনু লৌন-লৈনবা য়াদে। নামুংই। মখোয় মশেন লোনহবাদ অমসুং লান্নরবদি খুন্না নিপাদা ওক অমা ফুংদা ওক অমা দাণ্ড তোগান। মরমদি য়েক লৌরবদি নোং য়ান্না তাই অহুগা লেনসু তাহুনা ফোনচিংবা মহৈ-মরোং মাংহল্লি অমসুং শা কে খুন্দা লাক্কুনা য়ুমগী য়েন ওক শোকই হায়বগী-দমক দাণ্ড তৌই। দণ্ডি তৌবা ফুামত্তা নিপাগী কৈজোম মচেং অমা নুপীগী যনেক মচেং অমা লৌরগা ওক্কী পুক্লুং-শা. মচেং অমগা য়ুগা পম্বোংগী মপান্দা চুন্দোক্কুনা খুনবুনা ইরাং পুজা তৌই। ইরাং পুজা অসি খুদক্কা তৌহৌদ্রবল্লি নোং-নুংশিং লাক্কুনা মহৈ মরোং মাংহন্নি। অদুনা মখোয় অনিগী ওক লৈত্রবসু খুনগী মংগুংদা ওক অরৈবা অমা তানা থিন্দুনা হাংলগা ইরাং পুজা তৌই। ওক্কী মমলদি নুপা অমসুং নুপী মখোয় অনিনা পীগদবনি। অদু ওইরবসু মখোয় অনি মতৈ মনাও ওইনা পানবা য়াদে। খুদক অদুদা মমা

মপাশিংনা মখোয় অনিবু খাইনহল্লি। মুপীনা মীরোনবা থোল্লবদি মচা পোকপা মতমদা অঙাং অহু মতৈ-মনাওনা হাংকনি। মগোয়না হাংপা য়াদ্রবদি খুন্না নমদুনা হাংহনগনি। অঙাং হাংপা অসি বৃটিশনা পানবা মতমদা তোকখিবনি।

## শাগৈগী মরম

খুনবুনা মচানিপা রিনিংতি পোকই। রিনিংতি অসি মশক মতৌ য়াম্না ফজে। য়েংবদা পেনবা লৈখিদে। থোমপুংগী নুপী সাংমারনা পোকপা লৈশাবী মশক মতৌ ফজবী দাংখঙ কৌবী অমা লৈরমই। থোমপুং মতৈ-মনাওনা মচানুপী দাংখঙবু রিনিংতিদা পীখিংলে। থোমপুংগী নুপী সাংমারনা মচা নুপী দাংখঙদা ইনশিন্দুনা রিনিংতিগী ফজবা শক অহু ঈশৈনা থোনখি। ঈশৈ অহু অসিনি :—

হে আ এ শুরে এ দাংখং ও চুংনা হংশুএ শুরেএ
হে আ এ রিনি শিমফে আ তুমতেলকুং ও চুংনা হংশু
শুরে এ:

ঈশৈগী অর্থদি :— য়েংবিয়ু দাংখঙ ও তমিং থোকপগী ফজবা মঙানগা রিনিগী ফজবা ফিজেৎ লৈতেংগা চপ মান্নে হায়খি। ঈশৈ অসি মোন জাতিশিংনা য়ু-হোংবা অহানবা অয়ুকী নুমিত্তা শক্নে।

# শাগৈ রিনিতি

## ওরু লাংলোম

নোংমা চৈরাওবা সুমিত্তা খুন তিমহুনা তেননা বেল ( চুঙঙোই মূক চাউবা উপাক ) কাপই। চৈরাওবা অসি ফৌ লোকপা মতুংদা রাকচিং থাদনি। সুমিং অতুদা খুন অহুগী যুম খুদিং মৈ মুৎকনি। যুম শেংদোক্কনি। খুনবুনা হৈমাংগী উগা পয়াগা তক্কহুনা মৈ হৌহন্দুনা মৈ লৌরগা যুম খুদিংদা মৈহু য়েল্লগা অনৌবা মৈহুনা চাক-য়েঙ্গাং থোংহুনা চামৈ।

সুমিৎসিদা অয়ুক্কী পুং ১১ দগী হৌনা নুংথিল চুপ্পা বেলদা তেন কাপ্পা তমই। তেন কাপ্পদা পান্দ্রবদি নামুংই হায়হুনা সুমিদাং ফাওবা মৈরা থানহুনা তেন কাপই। তেন কাপ্পদা বেলদা পানবা মী খুদিংনা হরাওহুনা য়ু থরুং অমমম পুথোক-তুনা তিল্লিবা মীশিংদা পীথকই। বেলসি নোংচুপ থংবদা হৌবা উপাম্বী অমগী মথক্তা থেত্তুনা তেন কাপ্পা তমই।

নোংমদি তেন কাপ্পদা সুমিদাং ওইরবা ফাওবদা কনানসু বেলদা তেনজৈনা পানবা ওম্নখিদ্রে। মী পুম্নমক পুক্নীং নুংঙাইরমদে। মতম অতুদা রিনিনা লিরুং তেন পায়তুনা থোরকলগা বেলদা তেন কাপ্পদা পাল্লে। মী পুম্নমক হরাওরে অমসুং আইন শেম্বা থোমপুংনা রিনিদা মিংথোল অমা পিরে। মিংথোল অদুদগীদি রিনি সেফিক হায়না কৌথি। শেফিককী অর্থদি থ্বাইদগী তেন কাপ্পা হৈবা হায়বনি। থোমপুংগী মতৈ-মনাও অনীনা মশক-মতৌ ফজবী মচানুপী দাংথওবু রিনি শেফিকতা পীহুনা লুহোংবীখি।

মতুংদা দ.ংখংনা মীরোল্দুনা মচানিপা অমা পোক্লে। মচানিপাগী মিংদি আরেন (রুএল) অহানবা পোকপা হায়না কৌখি। অনিশুবদ নিপা অমা পোক্লে। মহাক্কী মিং রাংলাল (ইংলালসিং) থোনখি। অদুগী মতুংদা অহুমশুবদা সেশোং (কোমেন শোংপা) মরিশুবদা লুঙম (কাবারুঙ্ ঙমশা) মঙাশুবদা চিনির (কানিং মিনিরশা) তরুকশুবদা নুংচিম (কানিং চিমশা) পোকখি। কনাগুম্বনা হায়রিন— খারতুগা, শোংশিরগা অনি অসিদি আরেন (রুএলনা) পোকপনি।

রিনি সেশিক্কী মচাশিং অনি মমৈথংদদি শাগৈ নিপান থোকখি। শাগ অনি অনি পুনশিন্দুনা পু (ফুকপ্) অমমম শাখি। মখোয় অদুদি রুএলগা রাংলালগা পু অমনি অমসুং সেশোংগা লুঙমগা পু অমনি। চিনিরগা নুংচিমগা পু অমনি। খারতুগা সোংশিরগা পু অমা ওই। আরেন (রুএল) রাংলাল, খারতু, অমসুং শোংশির শাগৈ মরি অসি অমত্তা ওইনা পুনবা য়াবনি। পু (ফুকপ) অনি অনি অসি নত্তনা অতৈদি নিংঙোল চত্নু লৌন-ৈলনব য়ারে।

শিমফুতিনা পোকপা মচাশিং — বুংজির, চারু, শিরবুম, থুরিপ, ঙারু, লাংলোম মখোয় অসিসু শাগৈ অমমম ওইদুনা শাগৈ অনি অনিনা পু অমমম শাই। অদুদি বুংজিরগা চারুগা পু অমা, শিরবুমগা থুরিপকা অনিনা পু অমা অমসুং ঙারুগা লাংলোমগা অনিনা পু অমা শাই। মতৌ অসুম্না মোন জাতি অসি পুন্না শাগৈ তরামরি লৈ।

কনাগুম্বনা হায়রিনে ঙারুগা লাংলোমগা শাগৈ অনিসিদি ঙসিদগী চহি কয়ামুক্কী মমাংদা হায়রবদি কুরকম নিংথৌ পোকত্রিবগী মমাংদা দারস্থম কৌবা নিপা অমা লৈরম্মী। মহাক্না মচানিপা অনি পোকই। অহানবা মচানা রেনশির কৌই।

অতোনবনা ঙুরক্তির কৌই। অহন রেনশিরদি নুপী থিহনা তোঙান চারে। মপানা মখোয় অনীবু লৌ-ইখোল য়েন্নবীরে। লৌশমদি সংসেং চীংগী কুসেনরুশু এক্ষোরামনা কৌই। মপা-না হায়রকই, রেনশির নহাক্তি তোঙান চাবনিনা মীস্ন য়াঁমরে অদুনা খরা পিকপা লৌকম (ফিজেল) অমসুং য়াল্লু (লৌউনৌ)। ননাওদি ঐগ' চামিন্নদুনা লৈবনিনা, মীয়াম্বনিনা, লৌকম অচৌবা অসি যানসম্ম (লৌ-উরসম্ম) হায়না মখোয় অনীসা পাওমেন্নে। রেনশিরনা মপাগী রাত্র লৌদহনা লৌজাওহ য়ানখ্রে। মসিদগী মখোয় মচিন-মনাও অনী খংনরে। মপানা খাঙ্গা য়াদ্রে। মপানা শাওহনা হায়রকই, রেনশির নঙদি য়াম্না শাওগনসা অমসুং মীবু চৈগনবা মীনি মহাক্কী মিং লাংলেম (ইরাং) যোনবীরে ঙুরক্তিব নংস য়াম্না লুবা মী অমনি মহাক্কী মিং ঙুরু (ইরু) হায়না থোনখিবি। ঙুরুগা লাংলোমগা শাগৈ অনি অসি মতুদগী থোকখিবনি হায়রৈ।

চক্তি কয়ামুক্কী মমাংদা দাবকম কৌবা নিপা অমনা মহাক্কী য়েক ওইবী জুলশিল কৌবী অমগা নুংশিনবে। মহাক্কা তা-ইন শেন্না থোমপুংদা নিন্দা তৌহনা ঈশৈ অমা শকই। ঈশৈদু অসিনি।

হে অ' এ ইপুনো থোমপুংনা অজুর শেংবো তিনা কোএ
হে আ এ খুকুং মমুও থিলনিংকে কাজুর শেংতা ও মাইংএ

ঈশৈগী অর্থদি আইন শেন্না ইপু থোমপুংনা রাকোং তৌরগা নংগী নংগী য়েক্কী মুপী লৌবা য়াই। হায়বিরম্লবদি ঐস্ন রাকোং তৌরগা ঐগী য়েক থোকপা মুনীবু লৌজরমগদবনি হায়না আইন শেন্না থোমপুংদা নিন্দা তৌহনা শকখি। ঈশৈ অসিনা তাকপদি থোমপুংনা আইন শেমই হায়রবা তাকই। মোন জাতিশিংনা শিজুলদগী মথং মথং লাক্কুনা তুংক্কুজুল তুংকে-জুল অমসুং আরাকান চীংদগী লাক্কুনা দামজুল অইজুল কিরিবুং,

শেরখু তাসুমবুং ইকমফেরজুল মণিপুর তম্পাক মোইরাং বিশাখু খোংয়োন খুম্নচিংবা খুনশিং অসিদা মখোয়না ঈশৈনা থোনখিবনা খঙবা ঙমই। অদুগা ঈশৈনা থোন্দবা খুন য়াম্না লৈরমগনি। অদুবু মোন জাতিনা পানবা খুনশিংদি মখোয়না অশিবগী মংলা থাবদা নুঙ অচৌ-অচৌবা য়ুংলমলবদি মোন জাদিনা পানবা খুননি হায়না খংনৈ। মখোয়না পানবা খুনশিংবু ঈশৈনা থোনবা অদু ইজরি— মোন জাতিগী ঈশৈ।

হে আ এ শিজুলনো শুংই এ ফেচ্চ´ কাহেন ও তাইং ত্র হে আ এ তুংফুজুল ও কাহেনক্ষা বোরোম তিম্না ও ইশা এ আ কাপাম ও তুংফেজুল এ আ ইতে বোল নিংবা ইশা এ ইতে রোল নিংবা ইশা এ আ মেন চোং খুংপাংএ রেম্নরেং কিরিবুং ও চিংখুং কাহংশিএ আ শাংনা রিংমো দানরিংমো শাংনা রিংমো ও দান'রংমো আ শাংনা কাচিংখুং ও আরা কামন রাম।

অখুও কাহংশিএ সেরখুও লমরে শাংনা শোল মো কারুমোং কিংকং শাংনা শোলমো কারুমোং কিংকং রিপি দোনতা এ চকপা লাদিং'দং।

মখোয়না মথং মথং লাক্কুনা মণিপুর তম্পাক্কা থুংলরে। মণিপুর তম্পাক্কা মোরাং কৌবা নিংথৌ অমা পাল্লমই। মহ ক্বী মিংগী অর্থদি মো অসিনা মপানা অহানবা পোকপা খংনৈ। রাংনা অথৌবা খংনৈ। শা লান্দা অথৌবা হায়না খংনৈ। মখোইনা পানবা খুন্দু নিংথৌগী মিং লৌদুনা মোরাং খন কৌখিবনি তুংদদি মোইরাং কৌখিবান হায়নৈ। মোইরাংদগী নোংপোক পাংনা চত্তুনা লিশা খুন্দা পানখি। মতুদগী চীংদা কাখত্তুনা খোংয়োনদা পানখিবনি হায়নৈ।

# খুনবুগী হাদক

মখোয়না শিজুলদগী থোকপ্রবদা থোমপুংনা মখোয় পুম্নমক্তা হায়খি খুনবুনা হিংচাবা কৈবু হাংদপগী ঐখের পুম্নমক জয় মঙ্গোল ওইরে। ঐখোয়না তৌগদবা থবক পুম্নমক খুনবুনা হাননা তৌরবদি জয় মঙ্গোল ওইদুনা ওইজ-ওইথক ফংগনি অমসুং অতোপ্পা মীন' হাননা থবক তৌরবদি জয় মঙ্গোল ওইরোই অমসুং ওইজ-ওইথকসু ফংলোই, নামুংই হায়না থিংলে।

## চেংনা খুদম য়েংবা

খুনবুনা তৌগদবা থবক্তি খুন্নৌ শেম্বা য়ুম্ফম যাত্রা হুম্বা হায়বদি খুনবুনা য়ুম্ফম অমত্তদা উ য়ানবা, যাত্রা হুম্বা ওইয়ে। মতুংদা মাগী মাগী য়ুম্ফম তৌবা যাত্রা হুনবনচিংবা মশা মশানা তৌজগনি। পামলো য়ানবা পাম্ম থাবা, ফৌদি হুনবা, চনৌ তংবনচিংবা থবক পুম্নমক খুনবুনা হাননা তৌগনি। মসি চীংমী পুম্নমকী কষ্টমনি। খুন্নৌ অমা শেমগে হায়রবদি খুন তোংগদবা মফমদা খুনবু চত্তুনা চেং মচং অহুম লৈপাক ফজনা শেমদুনা চেংড পুম্না থমগনি। খুন অসিদা তোংবদা ওইজ-ওইথক ফংগদবা লৈরবদি, ঐগী চেং নহাক্না য়েংবনা পুম্না লৈবীয়ু। ওইজ-ওইথক ফংলোইদবা লৈরবদি মখোয় অহুম পুম্না লৈবিগনু লেংউ হায়না মন্ত্র শোন্দুনা থম্লগা, মিনিট কুনগী মতুংদা য়েংই। চেং অহুমদু পুম্না লৈত্রবদি ( লেঙসবদি ) ফত্তে হায়না লৌরে। পুম্না লৈরবদি কৈ হায়নৈ।

অমুক মতুগী মথক্তা য়েরুম থোংদুনা খুদম য়েংই। য়েরুম অদু মচিন পিকনা খজিক্কং হোইল্লগা মৈগী মৈতান মথক্তা খিল্লগা খুনবুনা য়েরুমগী মথক্তা মন্ত্র শোনগনি। মন্ত্রহ্ অসিনি "ঐগী য়েরুম নংদি সুমিং থাগী য়েরুমনি। অনৌবা খুনগী লমসিদা তোংবদা ওইজ-ওইথক ফংহনা সুংঙাইনা পানগদবা লৈরবদি ঐগী য়েরুম নহাক্কী মহি অহ্ সুমিং থা থোকপগুম্না মপান্দা কাপপীয়ু। ফৱোইদবা ওইরবদি মহিদু মপান্দা কাপ-পীগনু" হায়না খুদমহ্ য়েংই। মহিদু মপান্দা কাপত্রবদি ফত্তে। কাপ্লবদি ফৈ। খুন্নৌ তোংগদবা লমদা ওকপী অমগা য়েন লাব' অমগ' ঈশৈ শকপদা য়ৈনবা পুং অমগা পুৱগা নিং-থৌনচিংবা খুনবু ফন্নাইবা মী ওয়ামুক অহিং অমা লেক্কনি। ওকপীদু ৱাচেংনা থিল্লগা হাংকনি। পুক্লুং-শা অপাং-অনোম য়েংগনি। অহ্গা য়েন লাবদু শাগাই শাহ্না শগাই থক্তা লৈহনগনি। য়েনদু খোংবা মতমদা নোংপোক ওন্না খোংলবদি খুন্নৌহ্ তোংলোই। য়েন খোংবা অসিনা মরু ওইবা অৱোইবনি।

য়েরুমগী খুদম য়েংবদি খুন্নৌ তোংবা চীংলৌ য়ানগদবদা য়েংনৈ। খুদমহ্ ফৱবদি লৌফম য়ানবা মতমদা খুনবুনা হান্না উ ৱা অমা অনি য়ানগনি মাতুগী মতুংদা মী পুম্নমক মাগী মাগী লৌ য়ানজগনি অমসুং পাম-লৌ মৈ থাবা মতমদা খুনবুনা পহোংদা নুঙগা য়োংকা তকুদুনা মৈবা চিংহনা মৈ লৌৱগা মপুন্নাক খুদিং মাগী মাগী লৌ মৈ থাগনি। অতোপ্পা মৈনা পাম মৈ থারবদি ফৈদা ত্তিন তাই হায়না খুম্না দণ্ডি তৌনৈ। পাম মৈ থাবা মতুংদা খুনবুনা হান্না ফৌদি থাগনি। ফৌদি থাগ্রবা মতুংদা থা অহুম য়ৌদ্রিবা ফাওবা ফৌদি ত্তিন তাগনি হায়না খুনবুনা শা, ঙা, অপুম অৱাকনচিংবা য়েনদাক চাদে অমসুং পাম মৈনা চাগ্রবা উ-ৱা অদুনা চোক য়েঙ্গাং থোংবা চাৱোই-দবনি হায়দুনা চাদে। অতোপ্পশিংদি অথোংবা পুম্নমক চাই।

ফৌদি থারগী থা অহুম শুরগা ফৌনা শল্লকপদা কুম্মে অমা তৌগনি। মতমন্থদা খূনবুগী মখুৎতু :ন্নরুম থুগাইন্নগা মখুৎ হামগনি.। মচুদগী নামুংবা কোক্লে। চানিংবা চাবা ন্নারে।

ফৌ মুন্নগা চনৌ তংবা খূনবুনা হান্না তংগনি। মতুংদা মী পুম্মমক্তা মাগী মাগী চনৌ তংনা ন্নারে। ফৌ লোকপা লোইন্নগা-চৈরোং খঙ্গা (রাংচে) কুম্মে অচৌবা তৌগনি, অদুগী মতুংদা রাকচিং খাদা চহি অনৌবা হায়ন খূনগী মুমংাক পুম্মমক মৈ মুৎকনি অমসুং য়ুম শেংদোক্কনি। নৃগুগা ন্নোংকা তক্লুরগা মৈবা চিংহুনা মৈ লৌন্নগা লৌরিবা অনৌবা মৈহু য়ুমলক-খূদিং মৈ হৌগনি অমসুং মচুগী মুমিত্তা উবাক মচা অমা (বেল) অদু উঁঅমগী মথক্ত থম্নগা তেম্না মী খূদিংনা কাপকনি। বেল অদু তেম্না পানবা মীশিংন হন্নাওদুনা য়ু খরুং অমমম পুথোক্লুনা থক্লে। বেলদু পানদ্রবদি নামুংনৈ হায়না পানত্রি ফাওবা মুমিদাং মৈরা থান্দুনা কাপ্লে। মুমিদাং ওই-ন্নবদা খূনবুগা মাইবগা মী অহুম মরিগ: খূল্লক্তা থাং-তুংগোই অমমম পাইদুনা কত্তবা লাই য়ুমদগী মপান থোকউ হান্না লাওগনি। মতুংদা মাইবশিংন য়ু শা পুদুনা পম্বেংগী মপান্দা ছন্দোকই অদুগা চাক থাকপি, মসিনা চহি অরিবা লে ইরে। নোংঙাল্লগা অহাও অথুম শা ও চান্দুনা অনৌবা চহি লাক্লে হায়নঃ হন্নাওরম্মী।

— ——

# অশিবগী য়ু-হোংবা

মোন জাতিনা য়ু-হোংবসি ইনাক কৈরাক থুনবা অগুম্বা মীনা য়ু হোংই। য়ু হোংবসি অগুম্বা মীনা নিপানলক হোংই। য়ু হোংবগী মিংদি ইনজু; মলয়ু. শাবে, নিংই; মাদিন, কম লিশোংশংকা, এশিতিন নিপান অসিনি।

য়ু-হোংবা মীনা মগুং অমগা ওক অমগা য়ু থরুং ৩৫/৪০ অসিনি চেং মন ৩০/৪০ গী শম অমা থুম মোরোক পাম্নচিংবা অসিনি। মুনিং হুমনি অহিং অহুম মী লাকপা পুম্নমক চিঙ্গাক ফজনা পীজগনি। অদুগা মোন জাতিগী থুন থুদিংগী পাখং লৈশাবী ফমনাইবা অহল লাক্কনি। হায়রিবা মীয়ামসিগী চাক থোংবা মুপী তরা শানচিংবা য়েঙ্গাং থোংবা নিপা তরা ঈশিং শোকপা চুমবা পাখং লৈশাবী মী তরামগা থনগনি। হায়রিবা মীশিংসি য়ু-হোংবা লোইহ্রিবা ফাওবা চাক য়েঙ্গাংনচিংবা য়ু-শ ফজনা পিদুনা থক্কনি। অদুগা য়ু-হোং চাকহোং তৌবা মতৈ মনাও শিবা মংলা থাবা মতমদা পাখং লৈশাবীশিংনা হরাও কুম্মৈ তৌদুনা পোং-লোইবা অমসুং মংলা থাগনি অদুগা য়ুহোং মরিরক তৌরবদি ফীরালস্থ মহাকী মংফমদা য়ুংগনি। মসি তাম্নবগী মরম্না শেল তিংনা য়ু-হোংবনি।

য়ু-হোংদবা মীশিংদি শিম্নবস্থ হরাও কুম্মৈ তৌদনা চম্না পোং-লোইবী। মোন জাতিসি শিবদা মাগী মাগী শাগৈ পুন্না মংকম অমত্তদা পোং-লোইনৈ। শাগৈগী মতুংদা মী শিরবদি অশিবা মীহুংগী মংলা থাহ্রিবা ফাওবা মং তিম্নবা শগৈশিংগী ইমুংদা হরাও কুম্মৈ তৌবা য়াদে নামুংই। মংলা থাবদি মাচা থাগী মতুংদা শাগৈ পুন্নমক পুন্না নোংদা মংলা থাই। মংলা থাবা মতুংদদি শাগৈ পুন্নমক য়ুহোং চাক হেং তৌদুনা

হয়াও কুম্মৈ তৌবা য়াই। নামু দে। লমশি শিবা মংচক্কবা মীশিংত্থদি উ-য়াদগী ভাবা, মন্দুনা শিবা শান্নালনচিংবা লিলনা চিক্কুনা শিবা অমসুং ঈশিংদা শিবা, মৈনা চাক্কুনা শিবা অচুগা চাবোকপদা শিবা কুম্ভী থুংবা, লাই থোকপা, লোক খুত্থনা শিবা মখোয়সি শাগৈগী মংদা চন্দে। অতোপ্পা মফমদা পোৎ লোইনৈ। শিবগী মংচেন শা হাংতে। মংলা থানদে। ইনাক কৈরাক খুন্দুনা য়ু-হোং চাকহোং হয়াও কুম্মৈ তৌজরবসু লমশি ওইবগী মরম্মা হয়াও কুম্মৈ তৌনদে। চুম্না নাত্থনা লংফদা শিন্নবদি খুন চংহন্দে লম্নীদা (লমদা) পোৎ-লোই। মংচেন শা হাংতে, তৌদে। মহাক্কী মংলা থাবা য়াই অমসুং য়ু শা হাংত্থনা য়ু-হোংবা মী ওইরবদি হয়াও কুম্মৈ তৌবা য়াই।

মোন জাতিগী সোসাইটি অসি মী শিবা মংলা থাবদা অমসুং ইমুং অমনা নাত্থনা লৌ-শিং উবা চমদবা লৈরবদি খুনগী লৈশাবী পাখংনা ফৌদি থাবী ফৌ লোকপি অমসুং য়ু-হোং চাক হোংবদা পাখং লৈশাবীশিংনা ফৌ-চেং শুবা, শীং লেম্না চনবীত্থনা পাংনৈ। মসি শাগৈ ভাই থিনদে।

মোন জাতিগী মনুংদা শাগৈ তন্নামন্নি লৈ। ফমনাইবসু তন্নামন্নি লৈ। ইরুংপা (নিংথৌ) সেনাপতি, খুলাক, রুংলাক, মেনত্রি, পাখংলাক, চীংশাংলাক, য়াংথ্রাক, মীতৈলম্বু, য়ুপাল, নহারাক, লাংচিং, শেরুং, কৈরুং, ফমনাইবা তন্নামন্নি অসিগী তিন্নবা মতমদা সেবা তৌগদবা চাংলোই হান্নবা মী মন্নি থমনৈ। ফমথোন কাবদি মথং মনাও নাইনা কানৈ। মকোক থংবা ফমথোন কাগদবা মীত্থনা মতিক চান্নবদি ফমত্থগী মনুংদা মকোক ওইবা মতিক চান্নবদি মী অমা কাবা য়াই। ফমনাইবশিংগী তলব লৈতে। মখোয়না খুন তিন্নবা মতমদা চানা থক্কবগীদমক য়ুম্নাক খুদিং শুরথাং হায়না য়ুম্নাক খুদিং চহিদা

য়েন অনিগা য়ু খরুং অনিগা খাইহনা যম্লাইবদা পীনৈ। ফম নাইবশিংনা থুনশেম লৈশেমবা মতমদা তিন্নহনা চা-থক্লে। মতুদি থুনগী লম্বী, ঈশিংখোংনচিংবা শেন্থা অমম্তুং সরকারগী মী থুন্দা লাপা মতমদা পীনৈ। বিচারদা অরানবা মীবু ষণ ওক্লা দণ্ডি তৌহনা চানৈ। অরেম্বা শেন্‌না অফিসকী চে-মু লৈনৈ। বিচারদি নিংথৌনচিংবা মকোক ওইবা চিংশাংলকপা ফাওবা ফমনাইবা মী অরুক তরেৎ শুরবদি বিচার তৌনৈ। নিংথৌন-চিংবা মকোক ওইবা মী য়াওব্রবদি মতম অমুক রৈথোক্লে। মথক্তা হায়রিবা বিচারপতিশিংগী ইমুংগী কেস ওইরবদি মহাক উকিল ওইনা রা ভাং‌বা য়াই। বিচারগী ভোটটা য়াওফন্দে। ফমদি শাগ তরামন্নিদা ফম অমমম হাই।

---

# ঈশিং চাউবা অমসুং শংকু লুহোংবা।

চহি কয়াগী মমাংদা মুবা কৌবা নিংথৌ অমা পানখি। মহাক্কী মচা মুপী শংকু ( শংনু ) কৌবী মশক মতৌ ফজবী য়েংবদ পেনবা নাইদবী লৈশাবী অমা লৈরমই। লৈশাবীশি মী অমসুং লাইশিংনা য়াম্না পাম্নরমই। শংকুগীদমক্তা লাই-শিংগা, মীশিংগা অমগা অমগা খংন-চৈনবা থোক্লে। ইরাংসি শংকুগী মমা মপানা খংলদুনা হপ্তা অমগী মনুংদা মতিক চাবা নিপা অমদা ইচা মুপী শংনুবু লুহোংদনুনা পিগনি হায়না মুমিৎ লেপ্লরে। মুমিৎ অদু য়ৌরবদা মী অমসুং লাইশিংনা তাইবং মীগী মূর্তি লৌরগা মীয়ামগী মরক্তা তিল্লরে। তিল্লিবা সভা অসিদা থাদা চাওবা বাংব্রেল নিংথৌনা ঈশিং মনুংদগী য়াম্না

ফজবা ইরং লংবা নুঙ অমা পুরকুনা শংনুগী মমা মপাদা অথেম পোং ওইনা কজুনা মচানুপী শংনুবু নিররে। শংনুগী মমা মপানা পেল্লহনা রাংব্রেল নিংথৌদা মচানুপী শংনুবু পীত্নুনা লুহোংবিরে। তিল্লিবা সভা, মী পুম্নমক য়াম্না হরাওরে। তিল-লিবা সভা মীয়াম্না ইরং লংবা নুঙ অসিগী মমিং করিকোবগে হায়না অমগা অমগা ঙাং-রে। মতিক মগুণ লৈবা নিপা অমনা হায়রকই। নুঙ অসি রাংব্রেল নিংথৌনা শংনুগী মমা মপাদা অথেম-পোং ওইনা পীত্নুনা শংনুবু নিরৈ হায়না নুঙ অত্নুগী মিং মনি কৌখি। মনি অসি ঈশিং মহুংদগী পুরকই হায়না তিল্লিবা সভান লুহোংখিবা মফম অত্নু মনিপুর কৌখি। মুমিং অত্নুদগী হৌনা ঐখোয়গী লৈবাকপু মনিপুর কৌখিবনি। মহাভরতকী মনিপুর অত্নু ঐখোয়গী অসি নত্তে। ইংশোক ১৯৫২ গী চৌংগী বারী, অমসুং লাইরিক্তা ঐখোয়গী মনিপুর অসি মহাভারতকী মনিপুর নত্তে অমসুং মনিপুদা অর্জুন লাক্তে হায়না ইজগ্রবনি। অমসুং ইংশোক ১৯৭১ গী কংলৈপাক হায়বা লাইরিক ওয়া কাংজিয়া গোপাল এম: এ: ফি: ল: না মহা-ভারতকী মনিপুরদি ঐখোয়গী মনিপুর নত্তে মহাভারতকী মনিপুরদি কলিঙ্গ লৈবাক্তনি হায়না শেংনা ইত্নুনা ফোংবখরে অমসুং ম সদা চিংনিঙাই লৈতে। শংনুগী লুহোংবা য়াওখিবা লাই-নিংথৌশিংহুগী মিং নোংপোক্তা চাওবা কোনতোং লাই নিংথৌ খাদা চাওবা রাংব্রেল লাই-নিংথৌ অমসুং খাদা চাওবা বাঙোবা নিংথৌ লাই-নিংথৌ অহুম অসিনি শংনুগী মমা মপানা শংনুবু রাব্রেল নিংথৌদ পীবা অসিনা লাই-নিংথৌ অনিমক শাওরে। কোনতোং নিংথৌনা মনিপুর তুম্না মাংহনগে হায়হনা ব্রহ্মদেশকা তাইনবা (থেংনবা) লমশিংদা মৈ থারে। পৃথিবী (লৈবাক) ফাওবা মৈনা চক্লে। থৌদোকসি রাংব্রেল নিংথৌনা উবদা য়াম্না শাওরে। মৈনা ব্রহ্মাগা তাইনবা লম তুম্না চাকসনু

হ য়রে। ত্রঙ্গারে মদা চেনবা ঈশিংবু চীংজাও অমা ককথক্তুনা মনিপুরগী নোংচুপ খা থংবরোদা ঈশিংডু চেলহনখি। চীং ককথং খবা ঈশিংগী লোক্তু তেংনোপল খুলগী মোরে লম্বী খা থংবা লোক অদুনি।

নোংপোক লোমদা মাইল অনি অহুম চেল্লরুগা ঈশিং লোক অসু রাংব্রেল নিংথৌনা শাওবনা শাবেংখোংদা চীংজাও ককথংতুনা মণিপুরগী খা থংবা লমদা চেলহনখিবনি। মসি য়েংবদা অঙকপ খুদমনি অমসুং রাংব্রেল নিংথৌনা মৈনা মণিপুর তুমনা চাক্লুনা মাংবা তারে হায়না অহিং নুংথিল নোং অতং-অথম লৈতনা তাহল্লে। মৈদি নোংনা মুংলে, ঈশিংদি য়াম্ন চাওরে। ঈশিংনা মণিপুর পুন্নমক থুমলে। মীনচিংবা শ-উচেক পুন্নমক অরাংবা চীংদা কাখ্রে। মী অমদি শা-জীব পুন্নমক শিরে। রাংব্রেল নিংথৌগী নুপী শংকুদি মবুংশিংগী মচানিপা মেজ্জিক কৌবগা, মচানুপী তুদাং কৌবাগা মখোয় অনি পুহনা অরাংবা চীংদোঙ্গা কাহনা লৈরে। মতম অসিদা রাংব্রেল নিংথৌদি মনিপুর ঈশিং কংননবা হায়হনা মণিপুরগী খা থংবদা চীংজাও অমা শুরুং হুত্তুনা ঈশিংহু শুরুং মনুংদা চিংথদুনা তাহনখি। হায়রিবা শুরুংহু বুন্দা লমগী তিদিম কৌবা খুনগা য়াম্না নকুনা লৈরি। ঈশিংহু অরাংবা চীংলক-তগী মাইল অহুমরোম শাংনা তারগা শুরুং মনুংদা চংহনখি। শুরুংগী মনাক্তা লৈরবদি ঈশিংগী মখোল য়াম্না হৌই।

হায়রিবা ঈশিংসি চকপি তুরেলগা মণিপুর তুরেলগা শুরুংদা তিন্নহনা হায়রিবা শুরুংদা ঈশিংহু চিংখিবনি। ইম্ফালদগী হি তোংহুনা চংলবদি অহিং নুংথিল নুমিৎ নিনি হুমনিদা শুরুংগী মকমদা থুংবা য়াই। মণিপুরদা অরানা লান তাবা মতমদা অরাগী লানমীনা মণিপুর তুরেলদগী হি তোংহনা অ দা চনবদা হায়রিবা শুরুংতুদা হিগা লোয়নন চংহনা শিখি হায়নৈ।

য়াংব্রেল নিংথৌনা ঈশিং কংননবা শুরুংদা তাইনহুমা হোৎনবা মতমসিদা মহাক্কী স্থুপী শংকুস্থ অরাংবা চিংদোনদা লৈতুনা ঈশিং কংননবা হায়না মহাক্কী চৈশু ঈশিংদা থাদৈ ঈশিং থম্মা কংলে। মহ্ উবদা মহাক্কী থদোপনচিংবা নাচোম-লিক, মীরোল পুম্নমক মথং মথং ঈশিংদা থাম্নরে। ঈশিংতু মথং মথং য়াম্না কংথরে। মহাক্কা নিংই ঐ ইশামক ঈশিংদা চোংথরমদি শোইদনা ঈশিং পুমকং কংগনি হায়না খংলে।

শংকুমা পুরকপা স্থুপী মচাগা নিপা মচাগদা পাও মেল্লে। ঐদি ঈশিংদা চোংথড়না শিগ্রগনি অমস্তুং ঈশিংদি পুমকং কংব্রগনি। ঐমা ঈশিংগী মনুংদা স্থুপীগী মুর্ত্তিগুম মূং ওন্দুনা লৈরগনি। ঈশিং কংগ্রবা মতুংদা মখোয়মা ঐবু থিরবদি চীং-দোনগী লোক মচাদা লৈশোক লৈ অঙাংবা অমস্তুং অঙৌবা শাংকনি মকম অতুদা থিবিয়ু। স্থুপীগী মুর্ত্তিগুম মূং ওইনা লৈগনি। নূংতু শংকুনি হায়না খংউ। মথোয়না মূং অহ্ কংলবদি মকমতু কউনা শেংদোকউ। ঐদি মকম অতুদা মৈ ঈশিং মাংত্রি কাওবা লৈরগনি। নখোয় অনিদি নতৈ-ননাও ওইনৌ নখোয় অনিগী থারা-নালা মামহলগনি। অতুগা নখোয়গী থারা-শিংতু হৈশিংবা মী ওইহনগনি, মৈ ঈশিং মুত্রিকাওবা নখোয় অনিগী থারা মাংহল্লোই হায়না মখোয় অনিদা বর পিখিরে। বর পিগ্রিবা মতুংদা মহাক্কা চীংদোন্দগী অরাং পাংনা মাই ওন্দুনা ঈশিং মনুংদা চোংথরে অমস্তুং ঈশিং পুমকং কংলে। চীংদোন্দা ঈশিং মরিক অমা কাওবা কংত্রে। চীংদোন্দা লৈবী মীনচিংবা শা-কৈ তুমিং-কাং কাওবা ঈশিং কংখিত্রে। মখোয় য়াম্না বানরে। স্থুপী মচাগা নিপা মচাগস্থ ঈশিং কংকনা থৌরাংতুনা য়াম্না রাগ্রে। ঈশিং মখোন তাই থিবা কংদে। মতমগিদা জিবাজক কৌথা উচেক মচানা নখোয় অনি নতৈ ননাও ওইনৌ ঈশিং কংগনি হায়না তারে। অহানবদা মখোয়

অনি মতৈ-মনাও ওইবা য়াখিদে। ঈশিং খোৱাংবনা শিগ-দোৱবদ', অমুক উচেক মচানা হায়রকই ঐনা হায়বা ইল্লু শোযদনা ঈশিং ফংগনি। মখোয় অনিগী ধারানা মী য়ামদুনা মুংঙ্'ইনা প'নগনি হায়না তাক্লে।

অচ্চদগী দ মখোয় অনি মতৈ মনাও ওইনখ্রে। নোং য় ম্না তারে চংদোন্দা ঈশিং ফংদুনা য়াম্না হরাওনরে। মখোয় অনিগী ধরানা মথং মথং নিঙ্ডোল চন্দ লৌন-লৈন্দুনা মী য়ামখি।

রারী অসিনা মরমদা চৗংমীশিংনা চৗংতম ইমা ইপা অংতনি, চৌংমীনা অহলনি, তম্না অতোপ্পনি হায়না হোঙক ফাওবা হায়নরি। অমসুং তম্নাক্ত লৈনা অহলশিংন' ঐখোয়দি অতোপ্পা লমদগী লাক্লুনা মণিপুরদা পানবা নত্তে মণিপুরগী লৈশেম্পা এহেলৈঙদগী লৈজবা মণিপুরগী মীনি হায়রি”

আইন শেম্পা থোমপুংনা য়েক লৌনরবদি নোং তাগনি হায়খিবা রা অচ্চ চুমখি।

ঈশিং কংখ্রবা মতুংদা মখোইনা মনে শংকুবু থিরে। অরাংবা চৌংগী খা-থংবা লোক মচা অমদা লৈশোকলৈ অচেংং-বা অমসুং অঙোব' শাংপা ফংলে। মগম অচ্চদা নুপীগী মুর্ত্তি মানবা নুং অমা ফংলে। মসি ইনে শংকুমক্লি হায়বা খংদুনা হান্না মনেনা তাকপা মতুং ইন্ন। মফম অচ্চ ফজনা শেংদোক্লে। মনেগী মুর্ত্তি নুং অচ্চ মনে শংকুগী মিং লৌরগা শংকু লাইরেম্বী হায়না থোনখি। অমসুং তুংদা চৌংদু লাইমতোন চৌং কৌখি। হৌজিক্কী তেংনৌপল লাইমতোন চৌং অসিনি।

চহি কয়ামুক্কী মমাংদা তরাওগী জাতিনা নুপীগী মুর্ত্তি মান-বা নুং অচ্চ শংকু লাইরেম্বী (ইতরপু) নি হায়না শগুদুনা চহি খুদিংগী ইরাং পুজা তৌদুনা লাই হরাওখি। অমসুং মণিপুরগী মৈতৈ নিংথৌ শিংনা চহি খুদিং যণ, ওক, ম্লেন কত্তুনা পুজা তৌনখি। অমসুং নিংথৌনা তরাও জাতিবু শংকু

লাইরেন্গী নূংঅদু শংহন্দুনা তরাও লাইমনাই হায়না মিংথোনখি। হৌজিক ফাওবা কৌনরি। শংকুনা চোংথবা লোক অদু শং-কুগী মিং লৌদুনা শংকু তুরেল কৌখি। তুংদদি চকপী তুরেল কৌনখি।

নূংগী লৈফম অদু চকপী তুরেলগী মরুনি। শংকুনা নিপা মচাগা নুপী মচাগা মখোই অহুম কাখিবা চৌংদোন্দু শংকুগী মিং লৌদুনা শংকুবুং কৌখি। চৌংদোন অদু মীনা অমুক কাগ্রবদি অহুমলক কাদ্রবদি নামুংই হায়না কৌনদুনা অহুমলক কানৈ। মরমদি শংকুনা নুপীমচাগা নিপামচাগা পুদুনা মী অহুম কাখি হায়বগী মরমদগীনি। চিংদোন্দা কারবদি য়াম্না ফৈজলম যে বদা মণিপুর তম্বাক অমত্তুং কাবো তম্বাক অনিমক ফজনা উব ফংই। চৌংদোন অদু নূং মচা মচা লৈ। অরাং থংবদা উরা খরা হেই। খা থংবদা উ-বা হৌদে। চৌং-দোনগী নোংপোক নোংন্নুপ্তা লেশোক লৈনচিংব মার্চ, এপ্রিল থাদা লৈ-শাত্তুনা য়েংবদা য়াম্না ফজৈ। লৈশোকতৈ অসি অতো-পপা চৌংদা পঙনা শাংপা উম্নদে।

অনিশুবা লালজাওদা বৃটিশকা জাপানগী লানমীগা চৌং-ন্দোদা লান য়াম্না কন্না কাখি। চৌং অসি মীতোংখুনগা অংত্রাশুং খুন অনিগী মরক্তনি। চৌংসি অংত্রাশু খুনগা য়াম্না নক্লৈ। অংত্রাশু খুন অসি হান্না মোন জাতিগী অরিবা খুম্নি। অংত্রাশু খুনগী চৌংতেক্তা থাইনা মণিপুরদা ঈশিং চাউবা মতমদা সমুদ্রগী ভারা অচৌ অচৌবা চৌংচেপ্তা লানখি হায়না হৌজিক ফাওবা হায়নরি। অংত্রাশুগী চৌংচেপ্তু ঈশিংগা ভারাগনা লানখি হায়না চৌংখির হায়না হৌজিক ফওবা কৌনরি। ঈশৈনসু থোনখি। ঈশৈনহু অসিনি.— ভারাগা অখারভিং তাংগ্না লাম সিপা হায়বদি ভারানা চৌংচেপ্তা লান্দুনা মথক্তা চিনক্লাক খিবা চংংগ্রে হায়খিবনি। ঈশিং চাউবা হায়বা অসি ঈশ্বরনা পৃথীবী

শেম্বগী চহি মিলিয়ন মিলিয়ন ওইখিবা য়াই। ইব অমস্তং আদম শেম্বগী মমাং নোংহাগী মতম খ্ৰ: মমাং চহি ৫০০০ শুবদা ঈশিং চাউরগা পৃথীবী ঈশিংনা থুমদুনা মীনচিংবা শা-ঙচেক পুম্নমক শিখিবা অমস্তং নোংহাগী ইমুংগী, মচাশিং সেম, হাম, য়েফেং মখোয়গী মুপী মমা মপা য়াওনা মী নিপান হিংখি হায়না বাইবলদা ইরি। মণিপুরগী অহলশিংনা হায়রি মণিপুরগী ঈশিং চাউবদা সমুদ্রগী ঙারা চাওর-চাওরবা লাকুনা চীং-খিরু চীংসেপ্তা লানখি হায়বসি নোংহাগী মতমদা ঈশিং চাউবা অহু ওইবা য়াই হায়নৈ।

শংকু লুহোংবদা য়াওবা লাই নিংথৌশিংগী লৈকম রাংব্রেল নিংথৌগী লৈফমদি ইম্ফাল তুরেলগা চকপি তুরেলগা তিন্নবা ঈরেলগী ঈশিং মনুংদনি (শগন্নু খুনগী খা থংবা)। মসি অনাল খুলেনগী নিংঙোন খিঙু কৌবী লৈণাবী অমা রাংবেল নিংথৌনা লৌবা মতমদা খিন্নুগী মমাগা রাংবেল নিংথৌগা উনদুনা রা ঙাংনবা ইরেলনি।

রাংঙোবা নিংথৌনা লৈবা হৌজিক্কী চরাংচীং খুলেনগী খা থংবা চীংদোন অহুদি চীংগী নোংচুপ থংবদা নুং অচৌ অচৌবা লৈরি। মদুগী মরক্তা নুং অমুব' মযুং শাংলপ ঙোয়া লৈ। নুংহু বাংঙোবা নিংথৌনি হায়না মীনা কিনৈ। নোংজু থাদা রাংবেল নিথৌনা মহাক্কী মুপী শংনু শংকু লাইরেম্বীগা লোয়ননা চকপি তুরেল ইননদুনা লাকপা মতমদা রাংঙোবা নিংথৌনা বম তোপনা লান্দারক্তুনা লাম্বেংনৈ হায়মৈ। বম তোপকী মখোন অহু চানদেল খুনগী মীশিংনা তারবদি খুন্দা মী অনি-অহুম শিনৈ হায়নরি। অচুম্বনি হায়না চামদেল খুনগী খুলাকপা বেদুং অমস্তং লুলাকপা রুংহু অহুম অনিনা হায়খি। মসি থাইনগী অহলশিংনসু ওংগ্রবনি হায়নৈ।

কোন্দোং লাই নিংথৌদি মোরে খুনগী অৱাং থংবদা মাইল অনিরোম চৎলগা উমং অচৌবা লৈবা মনুংদনি মতুগী মপান্দা মণিপুরগী মীশিংনা মোরে চৎপা মতমদা লম্বীদা ফীৱান য়ুংতুনা (থেত্তুনা) খুরুমনৈ।



# অশিবা লৈবাক

চহি কয়ামুক্কী মমাংদা তোনু কৌবী লুখ্রাবীগী মচানিপা তুংলুম কৌবা অমা লৈরমই। মহাক্কা মোকান নিংথৌগী মচানুপী মশক মতৌ ফজবী য়াংনু (শংনু) কৌবী লৈশাবী অমা লৈরমই। তুংলুমনা নিংথৌদা হায়জতুনা নিংথৌনা য়াবিরে অমসুং লুহোংবিরে। মতৌ অসুম তৌনা মতৈ মনাও নুংশিননা পানবা অসিদা শংহৌদনা মপুরোইবা থনমতুনা য়াংনু নোঙ্গাখ্রে। মপুরোইবা তুংলুমদি মহাক্কী নুংশিখ্রবী শংনুগীদমক চাদ থক্তুনা য়াম্না ৱানা লৈরমই। সতি ওইবা নিংথৌগী মচানুপী শংনুসু মপুরোইবা নুংশিবনা অশিবা লৈবাক্তা নুংঙাইনা লৈবা ঙম-খিদ্রে। শংনুনা করম তৌরগা এৈগী নুংশিরবা ইপুরোইবগা অমুক্তং উনরগা ইপুরোইবগী সেবা মতিক চানা তৌগদগে হায়না নিংলে। নিংথৌগী মচানুপী শংনুনা অশিবা লৈবাক্কী যম নিংথৌদা ইপুরোইবগা অমুক্তং উনহনবীয়ু হায়না যম নিংথৌগীমাংদা লাও খোংনা কপ্পুনা হায়জরে।

মহাক্কী অৱাবতু নিংথৌনা উৱবদা য়াবিতুনা নিংথৌগী দুত অমা শাজিকুৱাং শা ওলহনবীরগা তাইবংপান্দা শংনুগী

মপারোইবগী লশিং লৌদা থাবীরে। য়াংসুংনা ( শংনুনা ) হিংলি-
ংদা মপুরোইবগা উমিন্নবা লশিং লৌহ শাজিকুরাং শানা
নমিৎ খুদিং লশিংহু লোক্লে। লশিংহু তন্থনা মাংখিবা উবদা
তুংলুম য়াম্না বারে। নোংমদি ৎংলুমনা অয়ুক ঙন্তা লশিং
লৌদা চংলে লাইগী নোংদমদগী শাজিকুরাংনা লশিং লোকপা
থেংনহুনা শাহ নমহুনা ফরে। ৎংলুমনা হায়রকই ঐগী নুং-
শিত্রবী নুপীগা উমিন্নবা লশিং লৌনি। মহাক্না ঐবু থনমহুনা
নোঙ্গংখ্রে। মহক্নীদমক ঐনা চাদা থক্রনা লৈজবসিদা নহাক্না
করিগীদমক লশিং অসি লোকইবনো। ঙসিদি নহাকপু ফারব-
নিনা হাংপা তারে হায়না তকে। রাহ তাবদা শানা নোঞ্জহনা
হায়ই্জ। ঐবু হাংপিগনু অশিবা লৈবাক্নী নহাক্নী নুংশিত্রবী
নুপী শংনুনা তাইবং পান্দা থাবীহুনা নহাক্নী লশিংসি লোকহন্বনি
হায়না তাক্লে। মহাক্নী নুপী শংনুগী মিং পনবদা তুংলুম থং-
হৌদনা মিতুগী পি তাহুনা রাম্থারে অমমুং করি অমতা রা
ঙাংবা ঙমখিদ্রে। ঙাইহাক লৈরগা মহাক হৌগংতুনা মিতুগী
পি তানা শাদা নোঞ্জহুনা ঐবু অশিবা লৈবাক্না ঐগী নুংশি-
রবী নুপীগী মফমদা পুবিহুনা মহাক্না উনহনবীয়ু হায়না কপ্তুনা
হায়জরে। শানা অহ নবদা হায়রকই অশিবা লৈবাক্না নহাকপু
পুবা ঙম্মোই মরমদি অশিবা লৈবাক্না চংকদবা লম্বীদি য়াম্না
অরাবগী মশক্রি, নুংগাই নুংলাংনি অমম্পুং উমং-রামং, উরী
রারীগী মথক্না কাবা অহুগা তুরেল অচৌ অচৌবা লান্দুনা
চংকদবনি নহাক্না ঐগী তুং ইনবা ঙম্মোই। অহুনা মফমহুদা
লাক্কনু। রাহু তাবদা তুংলুমনা লাও খোংনা কপ্তুনা হম্না হম্না
নোঞ্জহুনা হায়জরে। অহুগা নহাক্নী মথৈদা ঐগী খুং অনিনা
চেংনা পাইরগা য়াঞ্জগে। ঐগী খুং নাম্থদুনা তারগা শিরবস্থু
শিজগে হায়না শা অদুদা কোন্দুনা কপলে। মহাক্নী মতৌদু
উবদা য়াবিদুনা অশিবা লৈবাক্না তুংলুমবু পুবিরগা মহাক্নী

হুপী য়াংনুংগ। মতৈ মনাও উনহল্লে। য়াংনুংনা (সংনু) মপুরোইববু কোন্দুনা কপমিন্নরে অমসুং ন্নুংশিবগা লোয়ননা হরাওমিন্নৈ, মখোয় অনিগী অদুক অহাবা পুন্নমক অমগা অমগা রারী লিমিন্নৈ। য়াংনুংনা যম নিংথৌদা করম তৌনা নোঙ্গখিবনো অমসুং তাইবং পানদা যম নিংথৌগী হুত থাহনখি হায়বা পুন্নমক তমলে। অদুগা ভুংলুমনা মহাক্কী হুপী নোঙ্গাগ্রবা মতুংদা চাদা থক্তনা লৈবা অমসুং শাদা নোঙ্গহনা কপলগা অশিবা লৈবাক্কা পুবীবা পুন্নমক রারী লিরে। মখোয় অনিনা অশিবগা অহিংবগা উনবদা করম তৌনা উনখিবনো হায়বা চৈশেনা ফোংনখি। ঈশৈ অসিনি—

হে আ এ ইনুনিংবে তাশমথু আ মুমা খুরোম শিন ইং এ
হে আ এ ভুংনুমরে য়াংনুং অ খুনা ইনতু ও মুমো এ

ঈশৈগী অর্থদি ঐখোয়দি অশিবা লৈবাক্কী মীগা অমসুং তাইবংপানগী মীগা উনগনি হায়বা নিংদে অদুবু ঐখোয় অনি করম তৌনা উনখিবনো হায়না ঈশৈ শকমিন্নৈ। ঈশৈ অসিনা তাইবং মানা অশিবা লৈবাক্কা চত্তুনা অশিবা মীগা উনৈ হায়বা ফোংদোকই। অশিবা লৈবাক্কা য়াংনুংনা মপুরোইবগী সেবাদি মতিক চান। তৌজেদি হায়রবু মখোয় অনিগী চাবা থকপা তিন্নদ্রে।

ভুংলুম য়াম্না রারে নোংমদি ভুংলুমনা অশিবা লৈবাক্কী মীগা শা তানবা চংমিন্নৈ মিরাংবু শওমনি হায়রে। শা থৌবা অশিবা মীশিংনা ভুংলুমগী মনাক্কা মিরাং অচৌবা অমা লাকপদা, ভুংলুম নংগী ননাক্কা শাওম অচৌবা অমা লাকই কিগল্লু ফজনা কাপউ হায়না লাওরকই। ভুংলুমনা মহাক্কী ওই-য়েৎ য়েংবদা করি অমত্তা উরমদে মিরাং অচৌবা অমা লাকপদি উই। মসি হায়বা মাল্লে হায়না মহাক্কী লিরুং মতোম্না মিরাং অহু থিল্লগা হাংলে।

অশিবা মীশিংনা তুংলুমনা অকনবা মহাক্কী লিরুং মতোম্না শাওম অচৌববু থিল্লগা হাংলে হায়না কীনরে। অশিবা মী-শিংনা মিরাংতু শাওম্নি হায়না শাতু লেল্লগা য়েন্নরে, অমসুং থোংতুনা চানরে। তুংলুমদি শা লেনবা থোংতুনা চাবসি করি অমত্তা উথিদে। মহাক্কী শরুক শাতু মহাক্কী পাইদা হাপ্পীতুনা পুক্নখি। য়ুম য়োরবদা মহাক্কী নুপীনা হরাওতুনা শা মকোক্কা পুক্নুংশা থোংতুনা মীয়ামগা তিন্নতুনা চামিন্নৈ। তুংলুমদি শাতু করিমত্তা উথিদে (পিকপনা)। অশিবা মীশিংগা ঙা ফাবা চংমিনবৈ রাকুকাক (লুকাক) অতুবু ঙানি হায়রে। নোং তারগা নুংশিং শিংলি অমসুং নুংশিং শিংলগা নোং তাই হায়না ওন্না তৈনরে। তুংলুম অশিবা লৈবাক্কা লৈবা ঙমদ্রে। ঐগী পুন্সিদা ঐগী নুপীগা মতম বুইনা লৈমিন্নৌ হায়বা বিধিনা তমবিদ্রমাল্লে হায়না মিংকী পি তানা কপ্লে। মহাক অমুক তাইবংপানদা হনখিবা তাখি।

মহাক্কা নোংমদি অশিবা লৈবাক্কী যম নিংথৌগী বিচার তৌবা য়েংলমই। তাইবংপানগী মীশিংগী অশিবা থরাই নোংমা নোংমা লাকপা অতু যম নিংথৌন বিচার তৌদনা থাদোক্কে। মহাক্কা তাইবংপানদা লৈবা মতমদা ধর্ম্মনচিংবা অফ-ফত্তবা করি থবক তৌখিবগে হায়না রাই বুক য়েংতুনা বিচার তৌই। বিচারতু অসিনি তাইবপানদা মীনা মৈ নিবা পীদবা মীবু য়োং অশাবা কোনহন্দুনা নিংথমই হায়না কপই, মীনা ঈশিং নিবা পীদবা মীবু ঈশিং পুন থম্না পুহল্লগা ইশিং খোরাংই হায়না কপই। মীগী কোক্কা থুনাম্বা পকপা তাকপিদবা মীবু মহাক্কী কোক্কা খিকলোই পাম্বা হোইহন্দুনা য়াম্না রাহল্লি। মীগী ফো, চেং হুরানবা মীবু চাহন থকহন্দনা চাক লামই হায়না অহিং নুংখিল কপহল্লি। মীগী শেল পুতুনা শিংদব মীবু শেনবুগী মিনাই ওইতুনা য়াম্না রাহনখি। যণ হুরানবা মীবু যণগাড়ী

চিংহন্দুনা রাহল্লি। হকচাং পাঙ্গা মীগী মুপী হুরানব' মীবু তিংখং পান্থী কোলহল্লগা মগাত্থ ঈহিং-নাঈহিং তাহুনা কপই। মী হাৎপা মীবু লোর ইনা থাই। পুকুংদা অঙাং হাংপা মাংহনবা মীবু মচা অঙাং তত্থাই পোকহল্লগা য়াম্না রাকল্লি।

তাইবংপান্বদা ফত্তবা থবক তৌবা মীবু যম নিংথৌনা অরুম্বা দণ্ডি ফংহল্লি। মফম অত্তুদা শেলঙ্কা-থুমঙ্কা তৌহনা মরাল কোকপিবা লৈতে। মহাক্না তেংবা মহাক্না ফংজে। যম নিংথৌগী লোইশং মনাক্তা বৈতরনি কৌবা ( ইরুমচিফু কোব' ) তুরেল অচৌবা অমা লৈ, মথক্তা থোং অমা থাই। তাই-বংপানগী অশিবা মীগী থরাই লাকপশিংত্থ মহাক্কী শিবগী মতমগী চহি শুত্রা শুদত্রা য়েংই, মহাক্কী চহি শুদ্রবদি থোং অহ্ লাল-হনদে। অমুক তাইবংপানদা হলহনখি। মীনা শিরগা খুদক্কা অমুক হিংগৎপা মী অত্তুনি হায়নৈ। শিরগা অমুক হিংখিদ্রবা মী অদুদি মহাক্কী শিবগী চহি শুখ্রবা মীনি। যর্ম নিংথৌনা থোংদু লালহনগ্রবনি।

মোন জাতিনা খুনদা মী শিরগা অশিবগী পোৎয়েং শেল-নচিংবা চেং, চাক, য়ুমথোং খুদিংনা পুত্তুনা অশিবা মীদা পীনৈ। মীনা পীরকপা পোৎয়েংত্তুনা অশিবা থরাইনা পুত্থনা থমন্নুং লৈবাক্তা চৎলি। মহাক্না বৈতরনি তুরেলগী থোংখোং য়োরক-পদা খুনগী হান্না শিখিবা মীশিংগী থরাইশিংনা ঙাইত্তুনা এখোয়গী ইমুংনা করিপোং উল্লকপগে হায়না মহাক্না পুরকপা পোৎয়েং-শিংদু মনম নমলকই। মহাক্কী ইমুংনা পীরকপা পোৎকী মনমত্থ তাবদা খঙদুনা মহাক্না পুদুনা চৎখি হায়নৈ। পোৎয়েং ফংদবা অশিবা থরাই অদুদি মাগী ইমুংনা পোৎ উল্লক্তে হায়না কর্পত্তুনা ময়ুমদা হনখি হায়মা তুংলুমনা তাইবংপান মীওইবদা তাকই হায়দুনা মোন জাতিনা অশিবা খুদিংমক্তা শেম্নাচিংবা চেং, চাক পীনৈ। তুংলুমনা অশিবা লৈবাক্কী হিরম পুন্নমক

থংলবদা অমুক হন্না তাইবংপানদা হনবা ত্যাখি। তুংলমনা মহাক্কী মুপী য়া-ঙুংদা হিক্লা হিক্লা কপ্পুনা হায়জখি "ঐগী মুংশিরবী ইবেম্মাগী মকমদা লাক্লবা মতুংদা ইবেম্মনা ঐগী সেবা মতিক চানা তৌবিরে অমসুং ঐ য়াম্না পেঙ্গরে, অহুম্নদি ওইরগা ইবেম্মগা ঐগা চাবা থকপদ তিন্নদ্রে। মরমসিনা ঐনা তাইবংপানদা হল্লগা ঐবু পোকপী ইমাগী সেবা তৌজহনা পাপচেনবা ঐগী হকচাং অসিনা তাইবংপানদা থনম্লগা অমুক হন্না চাম্ন-খোইরবী নহাক্কী নকমদা লাকচগনি হায়না পাওমেল্লে।" মপুরোইবগী ৱাসি তাবদা নিংথোগী মচানুপী য়াংমুংগী মিত্তা পি শিঙ্হহনা ৱা-ঙাংবা ঙমখিদ্রে অমসুং মপুরোইববু কোন্দুনা লাও-খোংনা কপচরে।

ওম্থোকপনি মখোয় অনিগী অৱাবসি থম্মুং নৈবাক্কী মীশংনা মখোয়বু উবদা কপ্পরে। য়াংমুংনা ইপুরোইবগা তুং কোইনা পানমিন্নৌ হায়বা ঈশ্বরনা ( থংনংনা ) পীনবিদ্রমাল্লে হায়না কপ্লে। য়াংমুংনা মপুরোইবগী মকমদা পাওমেঙ্খি— "তাইবং মীনা শিরগা অমুক হন্না তাইবং মীগী হকচাং ওইনা লৌবা য়াদরনা পাপ চেল্লবী ঐনা তাইবং মীগী হকচাং ওইনা লৌহনা মুংশি খোইরবা ইপুরোইবগী তুংইঙ্বা ঙমজদ্রে ৱারোবীগনুকো।"

"ইপুরোইবা নঙনা তাইবংপান য়োগ্রগ নহাক্কী নকমদা ঐনা নোং ওইনা তাজগে। অচম্বা নোংনি হায়না পেন্দনা থনবিগনুকো অমসুং ঐনা খোইমু ওইনা লাকচগনি অচম্বা খোইমুনি হায়না চৈনা শোকপিগনুকো হায়না পাওমেঙ্জে, অমসুং পাওমেনদু ঈশৈ ওইনা শকচখি। ঈশৈদু অসিনি।

হে আ এ অকিন আ নংনিং খুংরু গুরনিংবে
হে আ এ খুংরু তাএ ইচ্চনা লালমুর ইতোং মারো এ
হে আ এ অকিন আ নংনিং খিৱাও থেংনিংবে,
হে আ এ খিৱাতা এ ইচ্চানা সরতিং ইনিং মারো এ

ঊশৈগী অর্থদি ইপুরোইবা নহাক্না তাইবংপান য়ৌগ্রবদা নহাক্কী নকমদা নোং ওইনা তাগনি। অচম্বা নোংনি হায়না পেন্দনা খনবিগনু অমম্নং খোইমু ওইনা লাক্কনি অচম্বা খোই-মুনি হায়না চৈনা শোকপিগনু হায়না পাওমেনখি। পাওমেনগ্রবা মতুংদা নিংথৌ মচানুপী য়াংনুংনা (শংনু...) মপুরোইববু তাইবং-পানদা হন্নবা মতৈমনাওনা যম নিংথৌদা চংলগা মোনজ্জনা হায়জরে। যম নিংথৌনা য়াবিদ্রনা নিংথৌগী দুতপু শক্তিকুরাং শা ওলহন্নুমা তুংলুমবু পুবিদুনা তাইবংপান্দা থিনবিখি। তুংলুম্না তাইবংপান য়ৌগ্রগা মহাকপু পোকপী মমাগা রা পুম্নমক চাং-নরবা মতুংদা মমা নোঙ্গাগ্রে। তুংলুম্না তাইবংপান্দা হল্লকতুনা মযুম য়ৌরক্লে হায়বা তাবদা মযুমদা মী য়াম্না তিল্লরে। তুংলুম্না অশিবা লৈবাক্কী অমম্নং যম নিংথৌগী বিচার, অশিবা থরাইনা দন্দি কংবা অমম্নং অশিবগী পোংয়েং পুবগী মরম অদুগা চহি মতম চাদনা শিবা অমুক মহাক্কী শিবা চহি শুদে হায়রবদা খুদক্তা হিংবা পুম্নমক শুগাইনা তম্বীরে। মণিপুরদা অতোপ্পা ধর্ম্ম লাক্লিক্তৈদা অশিবা লৈবাক্তা যম নিংথৌগী বিচার দন্দি কংবা কিদুনা তুংলুমগী পাওতাকপু ধর্ম্ম ওইনা চংনখি। মতুগী মতুং অমুক্তা ওকচাক পিবা (থাকপ) মপান থোরকপদা মহাক্কী মুপীনা পাওমেনবগী মতুংইন্না নোং ওইনা তারকই। অদুবু পাও-মেন্দু কাওদুনা চুম্নগী নোংনি হায়না পেন্দনা খল্লুরে। অমুক য়েনশিংদা চিঙ্গাক পীবা চেং, ফৌ পুদুনা মপান থোরকপদা অথাপ্পা লম্বীদা ~~অতোপ্পশিংগী মুপী~~ মুপীনা কিক্লেৎ লৈতেংদুনা লাকপা উরে। এগী মুপী লাকই হায়না হরাওনা য়েংবদা মহাক্কী মুপীনা খোইমু ওন্দুনা মপুরোইবগী মিত্তা চংদুনা পাইরে, মহাক্কী মুপীনি হায়বা পাওমেন্দু কাওখিদুনা চুম্নগী খোইমুনি হায়না নিংদুনা খুবাক্না ফুদুনা হাংলে। খোইমুনা মহাক্কী কৈগন্দা মমুনা খিনবদগী খুদক্তা তুংলুম নোঙ্গাগ্রে। মহাক্কী থরাইনা

অশিবা লৈবাক য়োবদা মহাক্কী মুপী শংমু থিবদা ফংখিদ্রে। যম নিংথৌদা চত্তুন্না হঙ্গংলে। যম নিংথৌনা হায়রকই মহাক্কী মুপীনা তাইবংপানদা খোইমু ওইনা নঙোন্দা লাকপা মতমদা মহাক্না খোইমু অদুবু হাংখি। মহাক্না অমিরক শিবনা নরক কোমদা চংগ্রে মফম অসিদা লৈগ্রে হায়না তাক্লে। তুংলমা মহাক্কী মুপীগা পানমিন্নৌ হায়বা তম্বীদ্রে হায়না কপলে।

মোন জাতিনা মী চৈবা মতমনা লোংকোং তাগুরবুক্না হায়নৈ ( থিরি )। মস্রিগী অর্থদি মীবু চৈবা মতমদা অমিরক শিমু হান্নখিবনি। অনিরক শিরুবদি লোইরে হায়নৈ। তুংলমক শিগ্রবা মতুংদা তিদাং কৌবী লৈশাবী অমা শিরে। মহাক্না খম্নুং লৈবাক য়োরবদা যম নিংথৌনা মহাক্কী শিবগী চহি শুদ্রি হায়না খুদক্তা অমুক তাইবংপান্দা হল্লহনখিবদা হিংখিবনি। মহাক্না মীয়ামদা তাকই। তুংলমগী মতৈ মনাওগী ৱা পুন্নমক মহাক্না তমখি।

চহি ম্রাখৈরোম শুরে ড্রুক শংলা কৌবী লৈশাবী অমা মীতোং খুন্দা অমুক শিবনা মংচেন শা ওক য়েন হসত্তুনা চাগ্রবা মতুংদা গুমিদাং পোংলোইবা মতমদা হিংখি মহাক্না অশিবা লৈবাক্কী ৱা ঙাংখি। ঐবু শিগদবা মতম ৱাংলি হায়না তাম্হোকপিরকপদগী হিংলকপনি হায়খি, অমস্তুং হিংগ্রবা মতুংদা মহাক চহি মরিফুরোম হিংখি। মহাক য়ুম পান্দে মাইবী ওইদুনা মীবু য়াম্না ইরাং পুজা তৌহনা অনাবা ফহনখি। মহাক্কী হিরম ইঙ্গরসিগী ইমাতোন খোকই। ইশামক্না মঙোনদা খম্নুং লৈবাক্কী ৱা মুমা বংগমখিবনি। মহাক্না মায় তুরেল অচৌবা লৈ মথক্তা থোং অমা লৈ। মহু লালহনোঃ। মফমদুদা ঐবু অহল অমনা তম্হোকপি মহুদগী হিংবনি হায়খি।

অশিবা নৈবাক্কা ভুংলুমগা য়াংমুং মইতেমনাও উনবা মতমদা শকপা ঈশৈ—

১। হে আ এ ইমুনিংবে তাশমখু আ মুমা খুয়োম ও শিন ইং এ
হে আ এ ভুংলুমরে য়াংমুং আ খুনা ইনতু ও মুমো এ

অশিবা নৈবাক্কা ম-খায় অনি হায়বদি মইতেমনাও চাবা থকপা তিম্রে ভুংলুমনা তাইবংপান্দা হনবা তাখি হায়না ঈশৈ ওইনা শক্কুনা তাক্লে।

২। হে আ এ তাশম খুনো ও'মু আ অশক রিরি ও এ
হে আ এ ইশাফুচং ও এবু আ এরু তিম্না ও মামো' এ

৩। হে আ এ ভুংলুমরে য়াংমং আ পার চিম ও মাশে এ
হে আ এ একনো থংনংনা তুওশম আবা ও শ মোএ

৪। হে আ এ মুতিং ইনরি ও কাতে এ তুংমুম কাচ্চ ও নাএ
হে আ এ শিরুং বনরে এ য়াংমুং আ রাচি তিংনা ও মারো এ

৫। হে আ এ এরুনা রাচি তিংমা ও তামো এ
হে আ এ তাশম খুরে কীচং আ শানেন পারজে ও তামো এ

৬। হে আ এ তাশম কুমং ও রিমু আ রাচিতিং ও বেননো এ
হে আ এ শুরুংরে তুংলুম আ নানিং হেম্বা ও মামো এ

৭। হে আ এ এরুনো কানিং হেম্বি ও মামো এ
হে আ এ তাশম খুনো ওংমু আ পারচিম ও মামো এ

৮। হে আ এ শমমা খুরোম কাতুংনিং আ কীচা শমশা কাতে এ
হে আ এ কীচা শমশা ও নিংকা আ পারচিখ ও রাতে এ

৯। হে আ এ শমমা খুরোম ও নাতুংতিং আ নংনিং খুংরু শুরনিংবে এ
হে আ এ খুংরু তাএ ইচ্চনা লালমুর ইতোং মারো এ

১০। হে আ এ অকীন আ নংনিং খিবা ও থেংনিংবে এ
হে আ এ খিবা তাএ ইচ্চনা শরতিং ইনিং মারো এ

---

মপানা লৌদগী লাক্লুনা মমুমদা থংলবদা মহাক্কী মুপী লৈরমগ্রে। মচানা মমা অভিয়াদা থুংনা খিল্লগা মপাদা ভাক্লে। মপানা মমাগী মশাহ্ন খিবা কংগ্রে। মহাক্কী মুপী অভিয়াদা পাইখে হায়বা থংলে। মহাক্কী মুপী খিননবা কাংগী মরু অমা লৌরগা মন্ত্র শোন্দুনা হায়রকই ঐগী কাং মরু নহাক্না ঐগী মুপী থৱানমিচাক্কী লৈকম যুম ভাম্না অহিং অমত্তদা কাবিহ্ননা পুবিয়ু হায়না মন্ত্র শোন্নে। মহাক্না হায়জবা মতুং ইম্না কাং দু থৱানমিচাক লৈকমদা থুংগ্রে। মহাক্না মচানিপা অমম্তুং হুই লাবা অমগা লোয়ননা কাংলি ইমহ্ননা কারম্মী। অহ্নগা হুই লাবহ্ন অভিয়াদা কাহল্লগা, মপা-মচা মখোয়'নীনা কাংলি ইম্ন-হুনা কাবা মতমদা কাংলিগী মখোং অহ্ন লৈশোঁ হায়বা ভীলনা কাংলিগী মখোং চীকথংপদগী চাথত্তুনা কাংলিনা কাবা ভমদহ্ননা মপা-মচা পৃথিবীদা হল্লকখি। অাইভিক্লা অভিয়া কারমদাইদা কাংলিগী মখোং চীকথত্তনবা অমম্তুং শোক্তনবা মু, শা হাত্তুনা জীব পানবশিংগী মমিং পন্দুনা মন্ত্র শোল্লগা চাক-থা পীবিখি। মহ্নগী মমুংদা লৈশোঁ ভীলগী মমিং কাওহ্ননা পনখিগ্রে। মহ্নগী কল্লনা কাংলিগী মখোংদু লৈশোনা চাথংখিবনি হায়নৈ।

মসিদগী মোন জাতি অসি থৱানমিচাক্কী থারা-নালা য়াওই হায়না থাজনরি। মোন জাতিগী ঈৱাং পূজা (খুদাং ইনথি) ভৌবদা পনথোং মপান্দা লৈবাক অপেংপনা থৱানমিচাক্কী মমি পিকনা ভাহ্ননা শারগা মশীং ভরানিপাম্না পরেং অহুম ওইনা থমনৈ। মহ্নগী মমুংদা মতুম অচৌবা অনী থমই। অনী'দু মুমিং অমম্তুং থানি। মতুম অমগী মথক্তা য়েরুম অমা খিল্লি। মহ্নগী চিথেক মরিদা ভেনগুম্বা ৱাচেং যুংলগা লশিংগী লংনা কিশিল্লি। মভৌ অসুম্না মুমিং থা থৱানমিচাকপু পূজা ভৌনরি।

লমকাংগী জাতি মরক্তা শংখিরগী শাগৈশিংনা মখোয়দি মুমিংকী মচানি হায়রি। লমকাং জাতিগী মশক কক্কবী লৈশাবীনা

থাখেৎলদা কি শাবা মতমদা ভুমিংকী মপেক্লা মথক্লা (হকচাংদা) য়েৎবদা লৈশাবীহু মীয়োম্দুনা মচানিপা অমা পোকখি। নিপামচা 'ভুদ নহাক কনাগী মচানো হংবদা ঐদি ভুমিংকী মচানি হায়না খুমখি। মহুৎগী কৌনা মহাক্কী থারাশিংবু ভুমিংকী মচা শংখিয় শাগে কৌনখি। হৌজিকসু হায়নরি।

# লাংঙম পাতাল চংবা

লাংঙম (লালঙম) কৌবা নিপা অমনা মহাক্কী মুপী মীয়োনবা মতমদা পাতাল য়েংবনি হায়না য়োংকী চৈণ্ড অমা পায়দুনা পাতাল চংখি। মহাক্লা পাতাল হেক য়োবগা লৌউবা হিংচাবা মতৈ মনাওনা মহাকপু কাদুনা ফুরিংথাওদা হাপলগা মহাক্কী মচাশিংনা শানহন্নবা মন্নুমদা পুরে। ময়ুম য়োরকদা মহাক্কী অঙাংশিংদা লাংঙমবু পীরে। অঙাংশিংনা লাংঙমবু উচেক রায়াগুপ্না পায়রগা শান্নবীরে। নোংঙাল্লগা হিংচাবা মতৈ-মনাও লোৌদা চংখ্রে। অঙাংশিংনা লাংঙম্বু মুম্বিং চুপ্পা উচেক রায়াগুপ্না পায়দুনা শান্নবহুদা লাংঙম রাবনা শিগদোরে। হিংচাবী হন্নুবী অমনা লাংঙমপী অগ্রাবা মতৌ উবদা রান্নাঃমুংশিন্বিরে। মহাক্লা অঙাংশিংগী মথুত্তগী মুন্দুনা মথরাইঃ কনবিরে।

হন্নুবীনা লাংঙমদা হায়রকই, 'নহাক অসিদা লৈগনু লৈরবদি শোইদনা শিগনি।' লিক অম পুথোকুনা হায়রকই; 'লিকসি পুক'মুংদা য়োংশিল্লু, অহুওইরদি চাক লামলোই। থুনা নক্কুম য়োনবা চেল্লু। লম্বীদা মাঙলবস্থ লিকসি ঈশিন্দা চান্নগা চাগদবনি। অহু ওইরবদি নবুক্কু চাক লামবা কগনি। লাংঙমা লিক

অছু য়োংলগা থুনা ময়ুম ভানা হনগ্রে। মহাক্কী থুন য়ৌশিল্লকপা মতমদা শিংচনবী লৈশাবী অমগা থেংনরে। মহাক্কা লোয়ননা লাকপা মতমদা লম্বীদা অশিবা মংলা থাবগী নুং অচৌবা অমা য়ুংলমই নুং অদুদা লাংলগী চুংগোই (কো) অমম্ভ য়াল্লম্মী। খুং (লুসিম) অমগম্ভ য়াল্লম্বা উবদা লাংঙম্মা লৈশাবীদা ঈশৈনা হংলকই। ঈশৈ অছু অসিনি—

হে ইশকও পিরুং ইঙ্গিরশু চুকা পিরুং মো-লাল এ।
হে জুমু রেনরু খমএ জুপা বে তি থংঙা তাখা চুকা পিরুং এ লাল এ
হে ইশকও ফুশির ইকেশু চুকা ফুশির মো লাল এ।
হে জুমু রেনরুখমএ জুপা রেতি থংঙা তাখা চুকা ফুশিবএ লাল এ
হে ইশকও শিমরুন ইকেশু চুকা শিমরুল মো লাল এ
হে জুমু রেনরু খমএ জুপা রেতি থংঙা তাখা চুকা শিমরুল এ লাল এ

ঈশৈগী অর্থদি অসিনি— লম্বী মথক্তা নুং য়ুংবসি কনাগী মংলা থাবা নুংনো হায়না হংই। লৈশাবীনা খুমই। ইমানা ঐবু গর্ভপুবা মতমদা ইপানা ইমাবু থম্মদুনা পাতাল য়েংবা চংখি। অদুনা মহাক্কী শিবা মংলা থাবগী নুংনি হায়না খুমই। অমুকম্ভ মথক্তা চুংগোই য়ানবসি কনাগী চুংগোইনো হংই। লৈশাবী-১ ইমানা ঐবু গর্ভপুবা মতমদা ইপানা পাতাল চংখিবা মহাক্কী মংলা থাবগী চুংগোইনি খুমই অমুকম্ভ হায়রকই মথক্তা খুং (লুশিম) য়ানবসি কনাগী খুংনো হংই। ঐগী ইমানা ঐবু গর্ভপুবা মতমদা ইপানা পাতাল য়েংবা চংখিবদু শিরে হায়না মহাক্কী মংলা থাবা খোংনবা খুংনি হায়না অছুমলক খুমখি। লাংঙম্মা কৱিশু ভাব তাবা ঙমখিদে।

মহাক্কী য়ুম য়োৱক্লবদা লাংঙম্মা ঈশৈনা ইবেম্মা নহাক্কী য়ুম কদাইদনো হায়না হংই। লৈশাবীনা মথক্তা ওককোনগুম

ভৌনা মরাক চাওবা অসি ঐগী যুম্নি হায়না খুমই। লাংঙম্না মসিদি ঐগী যুম্নি। মহাক ইচানি খংদ্রুনা কোন্দুনা কপখি। অমস্থং মমানা যুমদগী খোরজুনা শিগ্রে হায়বা মপুরোইববু উজবদা লাউখোংনা কপ্পুনা মপুরোইববু কোন্দুনা মিংকী পিভানা মপুরোইববু ওকপিদনা কপমিন্নৈ অমস্থং হরাওমিন্নৈ। লাংঙম্না লৈশাবী মচানুপীদা যুমগী মরমদা ঈশৈনা হংবগী ঈশৈ—

আ খোমোএ আ জুলবু নশে থামবোএ আ এ ইশক ও রুউন শির ইং শিরকা অচুং ও য়েরেন ইপুরশু জুলবু কশে য়ামএ লালএ হায়না তমখি। লৈশাবীগী মিং জুলবু কৌবীগী মিং অর্থদি মপা পাতাল তাবা মচা হায়না খোনবা মিংনি অমস্থং অহুম খংনৈ। লাংঙম শিরে হায়না মহাক্কী মংলা থানবা শিং মহাক্কী নুপীনা শীং চনবদা ঈশৈ অমা কপ্পা কপ্পা শকই।

লাংঙম ও লাংঙম ও য়া লাংঙম লথিং য়েরে ও রিমমা রিনতা ইংকা

লাংঙম নথিং য়েরলো রিমমা রিনতা ইংক রিনলোংএ ইতুক শির ইংও রিনলোংএ, ঈশৈগী অর্থদি ইপুরোইবা লাংঙম নহাক্না উবু শিংওইনবা য়ান্দুনা কংহনবদো ঐনা কুপ্পা খাইদুনা পুজরি হায়না শকখি।

লাংঙম্না পাতালদগী পুরকপা লিক্ক হৌভিক ফাওবা চৗংগী লৈশাবীনচিংবা মীশিংনা ঙকতা নাদা চিন্দুনা শিজিন্নরি। হৌজিক ফাওবা লাংঙম লিক কৌনরি। লাংঙম্না মহাক্কী নুপী মীরোনবদা থনমদ্রুনা লম অথাপ্পা চৎপদা অরাবা ফংখি। মসিগী মরমদা মীশিংনা মহাক্কী নুপী মীরোনবা মতমদা থনমদুনা শা-লালগী মরমদা লম থাপ্পা চৎনদে নামুংনৈ।

———

# বুরুং নুংজুল
## মতৈ-মনাও

থাইনা মমাংঙৈদা খোংয়োন খুন্দা বুরুং কৌবা নিপা অমা লৈরমই। মহাক্না নুংজুল কৌবী লৈশাবী অমগা লুহোংলে। মতৈ-মনাও পানরা মতমদা খোংয়োন খুনগী মীশিংনা য়ুহোং চাকহোং তৌহনা পাখং লৈশাবীশিংনা হরাও-কুম্মে তৌবসিদা নুংজুলনা থক য়েংনিংদে অমসুং হরাও-কুম্মে পাম্লমদে. য়াম্না শাওরমই। খোংয়োনগী পাখং লৈশাবী অহুক য়াম্বা অচবু লোয়না হাংকে হায়না নিংলে অমসুং মপুরোইবা বুরুংদা তম্লে। মপুরোইবা বুরুংনা মখোয়বু হাত্তনবা হন্ন হন্না হায়জহনা থেমজে। নুংজুলনা য়াবিদে। বুরুংনা নুংজুলদা মখোয়বু হাত্তনবা থেম্বা য়াদ্রবদা, বুরুং য়াম্না শাওরে। বুরুংনা নুংজুলগী মরাইবক্তা খোংপাক্লা কাওরে।. নুংজুল চীংথক্তু অঙম্বদগী ওন্থহনা লোক মচা অথেম্বা অমদা পন্দুনা নুংজুল নুং ওনশ্রে। নুংহু কৌ কৈমুক চাওনা হৌজিক ফাওবা লৈরি। নুংজুলনা নুং ওনখি-বদা মপুরোইবা বুরুংসু পুক্লিংদো য়াম্না নুংশিবা পোক্লে। মহাক্না হায়খি। নপুরোইবা ঐনা থেমজবা য়াবিদবনা ঐগী খোংপাক্লা কাওবদা নহাক নুং ওন্লেদো ঐশু নহাক্কী নুং ওনকমসিদা নুং ওন্লগে। অহুগা হয়েংমুক্কী মপোক্তা ঐখোয় অনি মী ওইনা অবতার তৌরগা ইতৈ-ইনাও ওইনা অমুক পানমিন্নসি। ঐনা নহাকপু মাইথিবা পিবসে মতমত্তদা নহাক্না ঐত্তোন্দা মাইথীহন্দুনা মশাং তানবিয়ু হায়না বাশক্লে। বুরুংসু নুংজুলগী নুং ওনকমদা নুং ওন্দুনা মহাকসু নুং ওনশ্রে। হৌজিক ফাওবা মখোয় অনিমক মফম অমদা নুং ওন্দুনা লৈরি।

বুরুং নুংজুল মখোয় অনিগী লৈকম নুং অহু খোংয়োন খুনগী খা থংবদা মাইল অমা চংলগা লৈরি। নুং অদুগী মথক্তা য়োমকু খুন চংনবা লম্নী সরক অচৌবা অমা লে। নুংগী মপাদা কৌ লোকপগী অয়োইবা চৈয়োং খগা নুমিত্তা পাখং লৈশাবীশিংনা হয়াও-কুম্মৈ তৌবা অমসুং দোলাই তোংবা তৌরবদি হৌতিক কাওবা মীশিং মীনা থোকই। মসিগী মরমনা হয়াও-কুম্মৈ তৌনদে কিনৈ, নামুংনৈ।

মতম অদুদা খোংয়োন খুনসি পাখং লৈশাবী য়াম্না লৈরমই। হয়াও-কুম্মৈ য়ু-হোংবদা মী অমগা অমগা খংনদে অমসুং কনাগী মচানো করম্বা শাগৈনো কনানা পোকপনো হায়বা কাওবা খংনমরদে। মসিগী মরমদা নিপা অমনা ঈশৈ অমা শক্লমই। ঈশৈদু অসিনি—

হে আ এ তুরিপ তুরথং ওংমু আ ইনমু ইন হা মামু এ হে আ এ ইদুংনে ও চমো আ নেরুমিন নেও চমো এ হায়না শকই।

---

# বুরুং নুংজুলগী অবতার

অমুক হন্না চহি কয়ামুক্কী মতুংদা খোংয়োন খুন্দা নুংজুল অমসুং বুরুং মী ওইনা অবতার তৌরে। মখোয় অনি নিংথৌন চহু লৌনবা য়াবা শাগৈদা তোঙান তোঙাম্না পোক্লে। লাইনা শিনবা অসি অঙকপনি। মখোয় অনিগী মিংসু হায়গুমনা

মমা মপাশিংনা নূপীদা মুংজুল অদুগা নিপাদস্থু বুরুং মিং কৌবিরে। মখোয় অনি পিল্লিদৈংগী হৌনা য়াম্না চানবৈ। মুংশিনৈ, শান্ন-খোংনবদস্থু মখোয় অনী খক থাদোক্লে। মমৈদা পাখং লৈশাবী ওইরক্লবদা অমগা অমগা মুংশিনরে। মখোয় অনীনা মমা মপাশিংদা হায়জদুনা মমা মপাশিংনা য়াবিদুনা লুহোংবীরে। মতৈ-মনাও মুংশিননা পান্নবসিদা মতম কুইরবা ফাওবা মচা অঙাং পোকখিদ্রে। মুংজুলনা অঙাং পোক্ত-বসিগী মরমদা নিংথৌ-মাইবীদা লোম্না চঙ্‌না খেন তমলে। মাইবীনা হায়রকই, মুংজুল নঙদি অখুংবী নত্তে অতোপ্পা নিপাদা য়ুম পাল্লবদি মচা পোকনি। বুরুংদি অখুংবনি অতোপ্পা নুপী লৌরবস্থু মচা পোক্লোই হায়না শেংনা মুংজুলদা তাক্লে।

রাসি তাবদা মহাক্কী পুক্লিংদা য়াম্না হরাওরে। মপু-রোইবগা শোইদনা থাইনগনি হায়না লেপ্লে অমস্থুং মহাক্কী পুক্লিংদা খল্লে। ইপুরোইবনা থাইনবা য়াত্রবস্থু মুপী ওইবী ঐনা তৌগে নিংগ্রবদা সংসার অসিদা কনা অমত্তনা থিংবা ঙম্মোই হায়না পুক্লীংদা লেপগ্রে।

মুংজুলনা থুনা য়া'না মহাক্কী য়ুমদা হন্দুনা মপুরোইবা বুরুংদা হায়জৈ ঐখোয় অনী মতম কুইনা ইতৈ ইনাও ওইনা পানমিন্নরে। ঐখোয় অনিগী ইচানি হায়বা অঙাং অমত্তা মিংনা উবা ফংজদ্রে। মসিগী মরমদা ঐনা মাইবীদা চঙ্‌না খেন তমজরে। মাইবীনা ঐঙোন্দা শেংনা তাকপি, মুংজুল নংদি অখুংবীনি অতোপ্পা নিপা অমদা য়ুম পাল্লবস্থু অঙাং পোক্লোই। অদুগা মপুরোইবা বুরুংদি অখুংবা মী নত্তে অতোপ্পা মুপী অমা লৌরবদি মচা পোকনি হায়না মাইবীনা শেংনা তাকপিরে। ইপুরোইবা নহাক্লা করি নিংবীবগে হায়না মাইবীগী রাসি মপুরোইবদা ওন্ন-তৈনা তম্বীরে। মুংজুলনা মপুরোইবদা হায় নহাক্লা অখুংবী ঐবু লৌবীবদা নহাক্কীনি হায়বা নচা

অমতম্থ পোক্কবা অসিদা ঐনা নহাকপু ৱান্না মাংহন্নে অমম্থুং ঐদি ৱান্না ইকায়খে। ঐখোয় অনী শোয়দনা থাইনহুনা নহাক্কীদমক অঙাং পোকদবা মানবা মশক মতৌ কজবী লৈশাবী অমা ঐগা থিমিন্নহুনা লুহোংসি। নুপী অহুনা মচা পোক্লবদা নহাক্কী পুক্নিং নুংঙাইগনি অমম্থুং হন্নাওগনি। ঐনা নহাক্না নুংশিনবা কোকনি। অঙাংহু নহাক্না উবদা ঐবু থাগৎপিবা য়াই হায়রে।

মপুন্নোইবনা হায়রকই নুংশিথোইরবী ইবেম্মা ঐখোয় অনী পিশক পিক্লিভৈদগী হৌনা নুংশিমিন্নহুনা অমম্থুং ইমা ইপাশিংদা হায়জহুনা লুহোংলে। ঐখোই অনীনা ইতৈ-ইনাও ওইনা অমম্থুং নুংশিননা নুংঙাইনা চহি করামুকসি ইচা অঙাং পোক্কনা পানমিন্নরক্লবা ইতৈ-ইনাওনি। হৌজিক্কদা নহাক্না মাইবীদা খেন তমহুনা ঐখোই অনীবু অখুংবা অমম্থুং অখুংবীনি হায়না অহুক ঐগী নুংশিজরবী নহাকপু করম্না থাইনহুনা তোং-ঙান তোংঙান লৈসিগে হায়না মপুন্নোইবগী মিত্তা পি মতুম মতুম তাহুনা মহাক্কী নুপীদা নোনজহুনা হায়জরকই।

ঐহাক্কী নুংশিজরবা ইপুন্নোইবা ৱা অমত্তা হায়জগে মীওইবসিনা নিপা-নুপী লুহোংহুনা মতৈ-মনাও ওইনা পানবসি মখোয় অনীনা মচা মশু পোক্কনা মখোয় অনীগী থাবক্না মথং মথং য়ামহুনা তাইবংপান লোইমিন্নবা কাওবা থান্নাশিংহু লৈননবগীদমক নিপা নুপী লুহোংহুনা মতৈ-মনাও ওইখিবনি। ঐখোয় অনীনা অঙাং পোক্কবম্থ ইতৈ-ইনাও ওইনা পানমিন্নসি হায়ববু নুপা নুপী লুহোংহুনা মতৈ-মনাও ওইনা পান্নগা তাইবং পানগীদমক মচা মশু পোক্কবা নিপা-নুপী অনীমক পাপীনি অমম্থুং লুহোংবগী অথ´লৈতে হায়নরিবসি অচুম্বনি। ঐহাক্না অখুংবী ওইহুনা নহাক্কীদমক নচা পোকপীদবসি পাপীগী মথক্তা পাপীনি।' শোইদনা ঐ-নঙ থাইনবা তারে হায়বসি ঐগী পুক্নীংদা লেপত্রবনি হায়না শেংনা তাক্নলে।

মুংজুলগী রাসি তাবদা মপুরোইবা বুরুংনা মহাক্তী পুক্লিংদা মুংশিবনা মিত্তগী পি তানা হায়জরকই। ঐগী নুপী মুংশজরবী ইবেম্মা ঐনা নহাকপু মুংশিজবদি লুকোংবা মুমিত্তগী হৌনা ঐগী সেবা মতিক চানা তৌবীবা অমসুং ঐবু ইনিং ইথা তম্না তৌরিবহ্নু নিংশিংজবদা মুংশিদুনা পি তাবনি। নপুরোইবা ঐগী রা তাবিদবনা নুপী ওইবী ইবেম্মগী নিংবা ফংবিয়ু অমসুং ইবেম্মনা নিংবা থুংবীসন্নু হায়না মিত্তগী পি তানা বিদায় তৌজবনি। অদুগা ঐহাক্তী গুসি হায়বা মুমিত্তগী হৌনা ঐখোয় অনী খাইনবা অসিদা ঐগী পুক্সিচুপ্পা নুপী থিজরোই ঐহাক্তী পুক্সিচুপ্পা পাপ্রা ওইনা পাঙ্গগনি হায়না রাশক্লে।

মপুরোইবগী রাসি মুংজুলনা তাবদা মিৎতগী পি তানা লাও খোংনা কপ্পুনা মপুরোইবগী খোং অনী পাইরগা ঐগী অয়ানবা পুন্নমক কোকপিয়ু হায়না বর নিজরগা মপুরোইবগী মকমদগী বিদায় লৌদুনা চৎখ্রে।

অহানবা মপোক্তা বুরুংনা মহাক্তী মুপীবু (মুংজুল) খোংপাক্লা কাওদুনা মাইথিবা পিদুনা নুং ওনখিবা। অনিশুবা মপোক্তা গুংজুলনা মপুরোইবা বুকংবু খাইনবিদুনা মাইথিবা পিদুনা মংশক তানবিরে অমসুং বুরুংগী রাশক থুংলরে।

মখোই অনিগী রারীসিদা মোন জাতিনা মী ওইবা অসি শিন্নবন্ন অমুক মপোক অমা পোক্লকই হায়না থাজ্জনৈ। নুংজুলনা মতম থরগী মতুংদা মোরা কৌবা নিপা অমদা লুহোংদুনা মচানিপা মোরং কৌবা অমগা দিনশিং কৌবী মচানুপী অমগা পোকলে।

বুরুংদি মহাক্তী রাশক মতুংইন্না মপুক্সিচুপ্পা নুপী থিরজদে মহাক ইনাক রাজা থুনখি। মুংজুলদি মচা পোকইদি হায়বদু রাজা লাইরবা ওইরমই।

নোংমা বুরুংনা ঈশিং খোংদা ইরুজবা মতমদা সুংজুলগী মচা অনীনা ঈশিং শোকপা ঈশিং খোংদা লাকই। মখোয় অনীনা মখোয়গী ঈশিং পুন্দু থাঙৎতুনা পুবা ওমত্রে। অদুনা বুরুংদা হায়রে ; ইপু ঐখোয়গী ঈশিং পুন অসি খোনবীয়ু, হায়না রাহৈ কজবনা হায়জখি। নোল্লুকপা রাহৈ অদু তাবদা বুরুংনা অঙাং অনীগী পুন্দু খোনবীদুনা চংহনত্রে। অঙাং অনীনদি হায়া মমাগা লোন-লৈনরগা নিপানি হায়বা খংখিদে। বুরুংনা অঙাং অনী অসি সুংজুলগী মচানি হায়বা খংলবদা মিওগী পি তানা ঈশৈ অমা শকচে।

হে আ এ অয়েন নংপা ও বুরুং আ অঙিং লংকু চংশে এ
হে আ এ খংবেনো মেনের আ নংসু রমরি ও অচি এ

ঈশৈগী অর্থদি=হায়দি নখোয়গী নপা ওইরমই। ঈশ্বরনা নমাগা ঐগা পানমিন্নো হায়বা তথীদবনা নমানা ঐবু খাইনবী-রমদুনা হৌজিক্তি নখোয়গী নপু ওইরেদো হায়না ঈশৈ শকখি।

মতম খরা লৈরগা সুংজুলনা তম্পাক্তা কৌ-চেং থিবা কুমই। লম্বীদা বুরুংগা থেংনৈ। বুরুংনা হায়রকই সুংজুল নহাক্তা কৌ কৈবু সুংাশংনা অমসুং মৈনা চাকপ্রব্রা? নহাক্তা চেং-চাক থিবা তম্পাক্তা কুম্বাদ করিগীনো? সুংজুলনা খুমই ঐগী কৌ কৈ সুংশিং অমসুং মৈনা চাক্তে। ঐগী ইচানুপী দিনশির অমসুং ইচানিপা মোরং মখোয় অনীগী লিক কীরোল-নচিংবা লৈনবা তম্পাক্তা কুম্বনি (চংপনি)। রারী শায়বাস ঈশৈ শক্তুনা হায়নৈ।

## বুরুংগী খাহং

হে আ এ রিংরেন লমথা ও সুংজুল আ জিম জিম ইনতু মুকো এ
হে আ এ সুংজুল নাশক ও ভোম আ ফেচচ অরেনপা মো এ

খুবা

হে আ এ মুংজুল কাশক ও তোম আ ফেচ্চ রেনয়োম মা এ
হে আ এ ভিমু থেন ও দিনশির থেন আ বুংশি ইয়োং ও তাইং এ
হে আ এ রিংবেন লমথা ও নুংজুল আ জিম জিম ইনতু ও
মুকো এ

হে আ এ নুংজুল নাশক তোম ও চেমিইং অরিনপা মো এ
হে আ এ নুংজুল কাশক তোম ও চেমিইং রিনথোম মা এ
হে আ এ মুতি থেন ও মোরাং থেন আ ফেরু ইয়োং তাইং এ

বুরুংনা ঈশৈনা কুপ্পা হংজিল্লকপদা নুংজুলনা শাওরতুনা বুরুংদা ঈশৈনা চৈথিরে।

হে আ এ য়ে য়ে ও বুরুং আ অচুপা বে চংশা মো এ
হে আ এ কিচংনা আ দিনশির মুবে চংসে এ

নুংজুলনা শাওতুনা বুরুংদা হায়। ঐখোয় অনী খাইনথসি নহাক্না হায়না হৌবনি নহাক্কী কনাগী মপা কৌবীত্রা? ঐদি মীনা দিনশির মমা কৌবীরি হায়না মহাক্না খাইনবা য়েচন্না অমিনা বুরুংদা থৈজিনখীরে। মীওইবসি লাল্লি হায়না মরুপ্নু তক্কনা হায়রবদি শাওতুনা ওম-তৈনা তাংগল্লি।

---

# পাখংবা চৈথারোল

মুরিদগী চহি কয়ামুক্কী মমাংদা মোথোস-কৌবা নিংথৌ অমা পাল্লমই। মহাক্না পাং অচৌবা অমগী মনাক্তা চৈংলৌ অমা উরম্মী। নিংথৌরিগী মচানুপী অমক মচক্কী ফজবী থীগোই

মীহে বী তোম্নু কৌবী লৈশাবী অমা লৈরমই। তোম্না শক্তিবু থাগী ফোদি থানবা লৌমনগী চুমন খোংলমই। মৌগী মনাক্তা পাং অচৌব অমা লৈরমই। পাং অকুপ্পী মথু দগী লাইরেন ম্নাইপুবন তাইবং মীগী মুঙি শকুম লৈদুনা মশক মতৌ কজবা পাখং অমা ওইনা মচা ইবেমা তোমুদা কোইরে। মচা ইবেমা তোম্না ময়ুমদা ওনবা পাখংনি হায়বা খংহনবনা অচম্ব পাখং অমনি হায়না মখোয় অনী মতম কুইনা তিন্নরবনা নুংশিনরে। নোংমদি পাখংনা মচা ইবেমদা হায়রকই ইবেমা ঐখোয় অনী নুংশিনবা অসিদা পাবুং নিংথৌনা খংদুনা নহাকপু চৈখিবা খোংপিবা তৌববদি নৈগী নাক্তা লাকপিয় তমচং পাং মনাক্তা উ অচৌবা অমগী মগকা ঐখোয় অনী কাদুনা লৈমিন্নসি হায়না ঈশৈ ওইনা শক্লুনা বাঁশি খোংই। মদুগী ঈশৈশি অসিনি—

লুংহা ও রারা নংবু ঈশৈ নকোনচা নংপা ঈশৈ নকোনচা
শাংথিংরিনা করতে তুমরি তুমরা তুমতে তিনরিন।

ঈশৈগী অর্থদি নিংথৌ মচানুপী লৈসাবী ইবেমা নহাকী নমা নপানা চৈবীরবদি নৈগী নাক্তা লাকপিয় উজাংদা কামিন্নদুনা বাঁশি খোংদুনা লৈমিন্নশি হায়খিবনি।

মদুগী মতুংদা তোম্না অমুক্কী চাকলেন চারগা চুমন খোংপা লৌদা চংলমই। পাখংস্ত মতম চানা লাক্লুনা লৌশঙদা মখোয় অনী নুংশিনা ৱারী শান্নে। নোংমদি মচা ইবেমা তোমুদু লৌদা লাক্লমদ্রে। পাখংস্ত মরানয়াইদা হনখি।

মথংগী নোংঙানবদা তোম্না লৌদা লাকখি; পাখংস্ত লৌদা লাক্লুনা মখোয় অনী উনরে। পাখংনা হায়রকই মচা ইবেমা ঙরাংদি লৌদা করিগী লাকপিদবনো। তোম্না ঐদি ইমানা ফী শাও হায়দুনা ঙরাংদি লাকচদবনি। পাখংনা হায়রকই—ইবেমা ঐনা লৌশংদা লাকপা মতমদা নহাক লৈরমদ্রবদি

ঐগী পেন অসি খোংলকে, ইবেমনা পেনাগী মখোন তাবীরবদি শোয়দনমক লৌ-শঙদা লাকপিয়ু। অদুগা ঐনা ইবেমদা বাঁশি অমা পিজগে, ঐনা লৌ-শঙদা লৈরমত্রবদি বাঁশি অসি খোংবিয়ু। ঐনঃ বাঁশি মখোল হেক তাবদা থুনা য়াংনা লৌ-শঙদা লাকচগনি। পেনাগা বাঁশিগা অনীসিনা এখোয় অনী মতম চানা উনহনবা ঙমগনি হায়না মচা ইবেমদা বাঁশি অদু পিবিয়ে।

সুমিদাং ওইরবদা মখোয় অনী মগী য়াগী মরাময়াইদা হয়ত্রে। মথংগী নোংঙাইবদা তোম্বুনা লৌ-শঙদা চৎলমই অমসুং পাখংহু লৌ-শঙদা লৈরমত্রে। তোম্বুনা পাখংহু কুইনা ঙাইরমই। উনবা মতম হেল্লবদা তোম্বুনা চুমই. চুমদে খংনমবা বাঁশি খোংখি। বাঁশিগী মখোলদু পাখংনা তাব্রবদা পাংম্বুংদগী থুনমক থোরক্লুনা তোম্বুগী মনাক্তা লাক্লমই, অমসুং মখোয় অনী উনরমই। তোম্বু য়াম্না হরাওজে। মতুংগী নোংমদি তোম্বনা লৌ চৎলোই ফী শাগে হায়না ফীশা শঙদা চংহুনা ফী শাখি। অশোমদদি পাখংনা তোম্বু লৌ-শঙদা লাকত্রা হায়না ঙাইরমই। ঙাইবদগী মহাক্তা পেনা খোংলক্লে। তোম্বুনা ফীশা শঙরগা পেনা মখোল তাবদা ফা শাবা তোক্লুনা থুনা শেম-শাদুনা লৌ-শঙদা চত্তুনা পাখংগা উনখি। মখোয় অনী য়াম্না নুংঙাইনা পেনা, বাঁশি অনাগী থুদোংচাবা ফোংদোক্লখি। বাঁশিগা পেনাগা অসি লাইরেন য়াইপুবগী ময়াম মখোয়সিগী মখোলনা মীওইবনচিংবা শা, জীব পুম্নমক শুক্লংলি। মসিগী মরম্না লাইরেনশিংনা মীনচিংবা শা, ঙা, জীবশিংবু শুক্লত্তুনা ফারগা ইরাই লাইনা য়োংখিবনি। বাঁশিগা পেনাগগী মখোলসিনা লাই এতিন ফাওবা শুক্লংপনি। মণিপুরদা উমংলাই হরাওবদা লাইশংদগী বাঁশিগা পেনাগা খোংহনা লাইবু মপান থোকহন্দুনা হরাওবৈ।

খুদম ওইনা মণিপুরদা অহলশিংনা মাগুপ্তা মহাভারতকী রারী লীবদা অহল খরা নত্তনা অতোপ্পা মী লাক্লে। অদুগা পেনা খোংবা ওঝা অমনা মাগুপতা পেনা খোংলবদি অহল লময অমম্নুং মোনহানবিংবা পাখং লৈশাবী য়াম্না লাক্লুনা মাগুপ চননদে, অমদি মাগী মাগী লৈজবা শেল পাম্মুবা লৈত্তনা ওঝাদা শেল কৎপা তাম্নরি। অদুগা বাঁশি খোংবগী মরমদা ঐখোয়না খংই।

লিন য়োকপা মীশিংনা লিলবু পোলাংদা হাপ্পুনা পুরগা কৈথেললনচিংবা লল্লী মনাক্তা কমদুনা বাঁশি খোংবদা লিলশিংনা বাঁশি মখোল তাবদা মকোক মকোক থাংগত্তুনা জগোই শাই। অসুম্ন লিল মপুশিংনা শেল তাম্নরি। বাঁশিগা পেনাগসি লাইরেন য়াইপুবগী মম্নানি হায়বসি অদুম্নি। নোংমদি থবল ফরবা অহিংদা লৌ শঙগী মপান্দা তোম্নু মতৈ মনাও অনীনা বাঁশিগা পেনাগা খোংলদুনা মুংশি-মুংওম্না খুংকা খুংকা পাল্লোইনদুনা মুংশিগী খুদম উত্তুনা হরাও তরাম্না জগোই শাম্নখি।

মতমদুদা লাইয়াম সভা লাক্লুনা লোম্না-মুপ্না য়েংহুখি। মখোয় অনীগী জগোই ফজবনা লাইয়াম্না তুম্মিন্না লৈবা ঙমখিদ্রে। লাইয়ামগী পুক্লিং পেনবগা হরাওবনা, ফোংনা খুবাক খুদুনা হায়রকই —নখোয় অনীগী জগোই কুম্মৈ অসি কজখ্রেদা করম্না তমসিগে নখোয় অনীগী ফজবা জগোয় অসি মীশিংনা তমদুনা তুংফাওবা লৈশনু অমসুং অয়েংবা মী খুদিংনা পুক্লিং পেনবা হরাওবা ওইসনু হায়না লাইয়াম সভানা মখোয় অনীদা বর পিবীরে।

মসিগী মরম্না মণিপুরদা লাই-হরাওবদা মতৈ মনাও জগোয় শামৈ। অদুগা পাখং লৈশাবী খুংকা খুংকা প্নায়নদুনা থাবল চোংনরি। কুম্মৈ অসি লাইরেন য়াইপুবা পাখংবগা তোম্নুগা মতৈ মনাওনা পুখোকপা ইহান হানবা মণিপুরগী চাৎ-ভম

ঐখোয়গী ফজরবা কুম্মৈনি। ফজরবা চংনবী কস্টম অমনি। কুম্মৈ অসিগী মরমদা অমুক য়েংসে। থাইনা মমাংঙৈদা মোইরাং লাই-হরাওবদা থোইবীগা খম্বাগা মতৈ মনাঙনা মোইরাং লাইগী লাইমাংদা জগোই শারমই। মুংঙাইবনা মোইরাং লাইগী লম-পাক্তু কুম্মৈ য়েংবা মীনা চনখিদে হায়নৈ। তোরো কোবী লৈশাবী অমনা কুম্মৈ য়েংবা মতম থেংবনা মীয়ামগী মরক্তা চংদুনা কুম্মৈ য়েংবা ঙমখিদ্রে। মহাক্না কোইচৎ চত্তুনা কুম্মৈ য়েংফম থিবদা মরেপ ৱাংবা মুক্রাম অকনবা লেপ্তুনা কুম্মৈ য়েংবা উরে অমসুং তোরোনা তাঙ্গা ফংলে হায়না হরাওরে। তোরোনা অকনবা মুক্রামগী কপলাক্তা লোম্না কাহুনা মরেংবান্দা পাইরগা মুমিৎ চুপ্পা কুম্মৈ য়েংজখি। কুম্মৈ অদু মুংঙ ইহনা মুক্রামনা মহাক্কী মথক্তা তোরো কাবা থংখিদে। অদুগা মোইরাং থোই-বীনা তুমুরাকপগী লোই-কারমদাইদা জগোই শাবদা তুমুরাকপনা পেনখিদুনা জগোই শাবগী মনা, তুমুগী নিপা তরামঙানা পুদুনা খম্বগী য়ুমদা থিনখি হায়নৈ। মদুতা নত্তনা ভারতকী লাই মহাদেবনা মণিপুরদা লাক্তুনা জগোই রাস শান্নবদা ফজমনবনা; মহাদেব পেনখিদুনা জগোই শাফমদা মণি ঙাক্তা চাইখি হায়নৈ। মহুগী মরমদগী মহাদেবনা মণি চাই হায়দুনা মণিপুর কৌখিবনি হায়নরি। অদুগা চৌংগী মীশিংনা য়ুহোংবগী মুমিং নিনিশুবদা, য়ুহোংবগী মচন অমসুং মচাশিংগী মপুরোইবাশিংগা মতৈ মনাও জগোই শানৈ। য়ুহোংবা অসিদা পাখং লৈশাবীশিংনা খুংকা খুংকা পাইনদুনা জগোই শানৈ। মসি মণিপুরগী চৌং-তম কস্টম অমনি। মণিপুরগী জগোইসি ফজে হায়না ভারতকী রাংমা কাওবা থংমরিবনি, অমসুং চৌংতমগী লেমজনিঙাই মশক্নি। মসিবু মীপুম খুদিংমক্না চাওখৎনবা হোৎনফম থোকই। অদুগা বাঁশিগা পেনাগসি থাদোকপা য়াবা নত্তে অনি অসিসু চাওখৎনবা হোৎনফম থোকই।

নোংমদি তোম্বুনা লৌমনগী উ-ময়োন চোংবা য়েন্নিং হুনবা উশা অমত্তা থেকপিয়ু হায়রক্লে। পাখংনা তাইবং মী ওইনা উদা কাবা চুমত্রে, পাখংনা তোম্বুদা হায়রক্লে ইবেমা ঐনা উ কাবা মতমদা য়েংবিগন্নু হায়দুনা তোম্বুবু শম্না কুপশিনবিরে। তোম্বুনা অহোবা শমদা য়েংবদা পাখংদু লিল! ওইনা উদা কারগা য়েন্নিং হুনবা উশাদু মমৈনা ফুবদা উশা পুন্নমক তেক্তুনা (কেন্দুনা) লৈবাক্তা তাখি। তোম্বুনা লিললা ওনবা পাখংনি হায়বা শেংনা খংলে। মহাক য়াম্না কিরে বা চাংবা চুমখিদ্রে। অদুবু তোম্বুগী পুক্কিংদা নুংশিবা পোক্তুনা বা খরা চাংনরগা মাগী মাগী মরানয়াইদা হন্নত্রে।

তোম্বুনা ময়ুম য়ৌরবদা মশাদা করিমত্তা পুক্কিং চুংচাইবা লৈত্রে। চাই হাওতে, থকই য়াদে; তুমই, মুংচাইতে। তোম্বুনা ফমুং থক্তা থরো থরো ওন্দুনা মিংস্না থম্লাল অনীদা তরং লাইজনা অতৎ অথম লৈতনা শিন্থখি। পাখংদুবু লিললনি হায়বা খংলবস্তু মুংশিবনা তোম্বুগী পুক্কীংদা অরাবা ওইখি থম্মোয়-মুংদা চাক্লিবা রাখলনা অহিংচুপ্প' তুমদনা অরাবা খাংজখি। হয়েংগী নোংচাল্লগা থোকখিবা থৌদোক পুন্নমক তাক্তবা য়াদবা মতাং থোক্লবদা নিংথৌ ওইরিবা মমা-মপাদা শেংনা তম্লে। মমা অমসুং মপা নিংথৌনা হায়রকই — ইবেমা অদুদি লাইরেন য়াইপুবনা মায়া তৌদুনা তাইবং মীগী মুর্ত্তি লৌদুনা পাখং ওইনা নঙোন্দা কোইবনি হায়না তাকপিরে। মমাগা মপাগনা পাখংদু মাংহন্নবা শিনবা হৌরে।

মমানা তোম্বুদা ইবেমা পাখং অদুনা করি করি পোং তাখি, হায়বগে হংই? তোম্বুনা ইমা ঐখোয় অনীদি অদুগুম্বা বা চাংনদে, খুমই। অদু ওইরবদি নহাক্লা লৌদা চত্তুনা পাখংদু উম্নৌ মহাক্লা করি করি পোং তাখিবগে হায়না শেংনা হংবিয়ু হায়না তাক্লে। নোং চাল্লগা তোম্বুনা লৌদা চুমন খোংপা

চৎলমই পাখংগা উনরে। তে.মুনা তামো নহাক্লা করি করি তাথিংগে হায়না হংজে। পাখংনা ইবেমা ঐদি করিসু তাথিবা পোৎ লৈতে অচুম্নদি ওইরগা য়াইঙংগা, মুকথুরুবীগা অনাসি পামজদে হ.য়না খুমই। মুমিদাং ওইরবদা মাগী ম.গী মরান-য়াইদা হমখ্রে। তোমুনা পাখংনা তাকপা রা পুম্নমক মমাদা শেংনা তম্লে।

মমানা রাচু তাবদা য়াইঙংগা মুকথুরুবীগা অনী তিম্নচুনা শুম্বলদা কুপ্না শুরে। লাদা য়োম্নচুনা মমানা তোনুদা ইবেমা নখোয় অনীনা রারী শাম্নবা মতমদা মহাক্লা করম তৌনা করম্বা মফমদা লৈখিবগে হায়না হংই। তোমুনা ইমা মহাক্লা লাকপা খুদিংদা মখুত্তা তেনজৈ অমা পাই। মহাক্লা লোংনা হিপ্তুনা তেনজৈনা রাচেংকী মরক্তা ইদা থিন্দুনা শাম্নে হায়না তাকই। মমানা য়াইঙং, মুকথ.বীগী ময়োমচু পুচুনা অয়ুক ঙম্বা লোদা চংলে। লোশংগা রাচেংকী ই মরক্তা ময়োমচু লোত্তুনা থমলে। মমানা তৌখিবা থবক পুম্নমক তোমুনা করি অমতা খংখিদে। তোমু অয়ুকী চাক চারগা লোদা চুমন খোংপা চংলে। পাখংচু লাক্তুনা হাম্নগুম রারী শাম্নরে। "পাখংনা লোংনা হিপতুনা তেনজৈনা রাচেং মরক্কী ইদা থিল্লে। য়াইঙং, মুকথ.বীগী ময়োমদা তেনজৈনা থিনবদা য়াইঙংগা মুকথ.বীগগী মকুপশিংনা পাখংগী মথক্তা তারে। মশাদা শোক-লবদা লাইরেন য়াই পুবগী য়াই অচু পুম্মাং মাংখ্রে। মহাক অচম্বা লিল ওনখ্রে। মহাক্কী উপাই করি অমতা লৈত্রে। পাখংনা তোমুদা ইবেম্মা ঐদি মাংলে; ঐগী ধারাতদি মাং-হনবীগনু হায়রমলগা লাও-খোংচুনা পাংলোমদা' থরো থরো ওন্দুনা চেনখ্রে।" তোমুগী পুক্নীংদা য়াম্না নুংশিবা পোক্লক্লুনা লাও-খোংনা কপচৈ। অচুবু কপচৈ হাম্নবচু মঙাক মাগী নুংশিজবা লিল পাখংচু মুমুক উন্নখিদ্রে। তে.মুনা মপুরে'ইবগী মশক অচু

তুং ফাওবা কাওদনবা হায়দুনা ফীদা ময়েক অর্নি থোক্লা হত্তুনা হাপললগা শারে। ময়াংলেনগী ময়েক হাপতুনা শাবা ফীনা লৈয়েং ফী কৌই। মপুকলোমগী ময়েক হাপতুনা শাবা ফীনা লাঙমবুম্ব কৌই। হৌজিক ফাওবা চৌংগী মীশিংনা ফীদ শাদুনা ইম্নরি। "তোন্নুগী মপুরোইবা লাইরেন য়াইপুবনা অচম্বা লিল ওনখিবা খোদোক পুম্নমক তোন্নুনা মমা-মপাদা শেংনা তম্লে। অত্তদগী মী পুম্নমক্লা খংনখিরম্মী।

য়াইঙংগা মুকথ বীগা অনীনা লাইরেন য়াইপুববু মাংহনখিবগী মরমনা তোন্নুগী গর্ভদা মচানিপা অনিথক ফাইবোক পোকই। তোন্নুনা মপুরোইবগী য়াথং মতুং ইন্না অঙাং অনীহ ফজনা য়োকপাখি। মচাশিংনা পাখং ফারক্লবদা মহৈ-মশিংতম্বা অমদি থাং তেনদা মমান্নবশিংদগী মখোয় অনীনা হৈ শিংলম্মী অমসুং শান্ন-খোৎনবা, খংন-চৈনবা য়োবদসু মখোয় অনীনা ঙমই। মদুনা মমান্নবশিংনা মখোয়বু লমজা হায়না লক্লবী চৈনবী। মসিগী মরমনা অঙাং অনীগী পুক্লিংদা য়াম্না কুংঙাইরমদে। মখোয় অনীনা মমাদা হংজে— ইমা ঐখোয়গী পাবুংগী মিং করি কৌবগে অমসুং করম্বা চহিদা নোঙাখিবগে হায়না তোইনা তোইনা হংলম্মী। মমানা নখোয় অনীগী পাবুংদ লিলনি হায়নিংদবনা ঝাখল য়াম্না তৌদুনা লৈরমই। ঐনসু মপাগী মিং খংখিদে। ইচাশি নসু মপাবু উখিদে অমসুং খংখিদে। অহনদি মখোয়গী পাবুংগী মিংদি পাখংবা হায়না কৌগে নিংদুনা মচা অনীবু কৌরদুনা হায়রকই ইবুংঙো নখোই অনীগী পাবুংদি পাখংবা কৌই হায়না তাকই। লাইরেনবু পাখংবা হায়না মিং থোনবা অসি তোন্নুনা থোনবা মিংনি। অদুগা নখোয় অনীগী পাবুংনা নোঙাখিবদি শজিবু থাগী চৈরাওবা মুমিত্তনি অমসুং লাইরেন য়াইপুবনা অচম্বা লিল ওনখিবা কুম্নী কুমনৌ ওনববু শজিবু চৈরাওবা কৌই। মতম অসিদা নখোয়

অনীগী দোষ তাবা মুমিংনি নখোয়না য়েলহিং থায়গা দোষ উশিল-শিন্নৌ হায়না তাক্লে।

শজিবু চৈরাওবা হায়বা অসি লাইরেন য়াইপুবনা য়াইঙংগা মুকথ্রবীগগী ময়োমদা তেনজৈনা থাই হায়না চৈথাবা কৌই। লাইরেন য়াইপুবনা ময়োমদা তেনজৈনা থাবদা লাও খোংনা চেনখি হায়না চৈরাওবা কৌখি। লাইরেন য়াইপুববু য়াইঙংগা মুকথ্রবীগা অনীনা মাংহনখিবদগী তোংমুগী গর্ভদা মচানিপা অনীথক ফাইবোক পোকই হায়দুনা অহানবা পোকপবু চিংয়াইবা হায়না মিং থোনখি। অতোম্বনা তময়াইবা কৌখি। মখোয় অনীবু মোঙম্বা কৌবা খুনবুনা পাখংবা থারা অশেংবনি হায়না নিংথৌ কম হাপলগা চিংয়াইবা নিংথৌনা লেম্বী কৌবা চীংদা খুন শেমদুনা পালহনখি। অতোম্বা তময়াইব' নিংথৌনা শোইবী তম্পাক্তা পালহনখি। চিংয়াইবা নিংথৌনা পানবা লমবু নিংথৌগী মিং লৌরগা চীং হায়না কৌখি। তময়াইবঃ নিংথৌনা পানবা লমবু নিংথৌগী মিং লৌদুনা তম হায়না থোনখি। নিংথৌ অনীগী মিংদগী চীং অমসুং তম কৌখিবনি। অমসুং চীংবু লেম্বী কৌই তমুনা শোইবী কৌই কবোবুনা শেমবী কৌই। পেনা ঈশৈ শকপদসু হ য়নরি। মখোয় অনী অসিনা পাখংবা থারাশিংগী মরক্তা নিংথৌ ওইবা মণিপুরদা অহানবনি।

মখোয় মচিন-মনাও অনী অসিদগী চীংনা অহলনি। তন্না অতোম্বনি হায়না চীং-তমগী মীশিংনা হৌজিক ফাওবা হায়নরিবা অসিনি।

কনাগুম্বা মীশিংনা লাইরেন (পাখংবা) থেংনরবদি ইরাৎ পূজা তৌবা মতমদা তোন্নুগী মপুরোইবনি হায়না তোন্নুগী মিং হাননা পন্দুনা তোবী লাইরেন পাখংবা হায়না ইরাৎ পূজা তৌনরিবসি অচুম্বনি। অসুন্না হিন্দুশিংসু নুপীগী মিং হাননা পল্লি। সিতা রাম, রাধা কৃষ্ণা, হায়নৈ।

কনাগুম্বা মীনা চীংবু লোইবী চীং হায়রি। চীংদি লে'ই নত্তে। লোই হায়বদি জাতিগী কষ্টম ইন্দবা নিংথৌনা হায়বা য়াদবা মীবু নিংথৌনা লোই থাবশিংহনি; থোইবীবু মপানা হায়বা ইন্দবগী কবো শেম্বীদা লোই থাখি। ঙৈশেদা ভোম্নু লাইচীং লেম্বী হায়নৈ। ভোম্নুনা মিংনি লাইচীংন থুলনি লেম্বীনা চীংগী নিঙোম্নি হায়না থংনৈ।

---

# সনাম্হি

পাখংবা খোংঙাবা নিংথৌনা কৌব্রু চীংদা খুন্দাখি। খোংঙাবা (পাখংবা) নিংথৌনা চিংজরু কে'বা নিংথৌগী মচা নুপী লৈশাবী মশক মতৌ ফজবী মানহন কৌবীবু মপা নিং-থৌদা হায়জহনা নিজরে। মপা নিংথৌনা য়াবিহনা পাখংবা নিংথৌদা পিবিরে। পাখংবা নিংথৌনা কৌব্রু চীংদা লুহোংগনি হায়হনা লাইনিংথৌ মরিদা বার্ত্তন তৌরে। লাইনিংথৌ মরিমক লুহোংবদা লাক্নুনা য়াওররে। লুহোংবা লোইরবদা চিংজরু নিংথৌনা ইচা নুপী মানহনগী মংকং মমল মতিক চানা পিয়ু; মতিক চাবা পিত্রবদি মংকং লৌরোই হায়রে।

পাখংবা নিংথৌনা মতিক চাবা মংকং অদু করিনো? ঐগী উপাই লৈত্রে হায়না লাইনিংথৌ মরিদা হঙংচরে। লাইনিংথৌ মরিনা মতিক চাবা মংকত্তু তাম্নহনা থৌরাং তৌনরে। থাংজিং নিংথৌনা নুংশিংকী উত্তোং অমা পুথোকই। তেংনৌপল লাইম-ভোন চীংগী নিংথৌনা মৈগী উত্তোং অমা পুথোকই। উখ্রুল শিরোই চীংগী নিংথৌনা নোংগী ঈশিং উত্তোং অমা পুথোকই।

কৌব্রু নিংথৌনা নুংশিংনে, মৈনে; ঈশিংনে, মখোয় অহুম অসিনা হৌরবদা খাম্বা ওম্বা উতোং অমা পুখোকই।

উতোং মরি অহু চিংজরু নিংথৌদা নচা মানহনগী মংকংনি হায়না পিরে। চিংজরু নিংথৌনা উতোং মরি অসি ঐনা করি তৌনগদগে হায়না লৌ হায়বা য়াদ্রে ১মুং য়াম্না শাওরে। কৌব্রু নিংথৌনা হায়রকই, উতোং ম!র অসিগী মনুংদা ঈশিংনে মৈনে, নুংশিংনে, লৈরিবনি উতোং অম। অসিনা মখোয় অহুমাসি খামনবা উতোংনি। উতোং অহুমাসনা পৃথিবীবু পুরিবনি। হয়েং তুংদা পৃথিবী মাংগদবা মতমদা উতোং অহুম.স হাংদো-কপদা পৃথিবীদা ঈশিং চাউহুনা থুমগনি অমসুং ঈশিংনা থাও ওইরগা মৈনা থাও অহু চাকপদা নুংশিংনা হুমহুনা পৃথিবীবু মহি ওনগনি অমসুং মাংগনি। অসুম্না মখোয় অহুম্না হৌবা মতমদা কৌব্রু নিংথৌনা পিবা উতোংসি হাংদোক্লবাদ হৌবা ওম্লোই অহুম্মক চপ লেপকনি (তোকনি)। অহুগা মীওইবগী হকচাং অসিসু পৃথিবীগা চপমান্নে। মী ওইবগী তোংশাশে নায়বা অমসুং শিরগে হায়বা মতমদা ইশিংনা হৌহুনা খোঙদগী মথং মথং ঈংলকনি অঈংবা ঈশিংনা থবে!ম্বী য়োরবদা থবোম্বী মৈবু মুংহনগনি। মৈগা ঈশিংগগী মানল নুংশিঙু নাতোন্দা থোক্লবদা মীওইবসি শিরগনি। ঈশিংনে, মৈনে, নুংশিংনে, মখোয় অহুম্না হৌবা মতমদা উতোং মরিশুবা অসি হাংদোক-পদা অহুম্মক চপ লেপকনি অমসুং করিমত্তা তোবা ওমলোই হায়না কৌব্রু নিংথৌনা বা আস হায়রগা চিংজরু নিংথৌগী মাংদা উতোং অহুমহু হাংদোক্লম্না য়েংহনখি। উতোং অহুমহু হাংদোকপদা ঈশিংনে, মৈনে, নুংশিংনে হৌহুনা কৌব্রু চাংদা মখোয় ময়াম লৈবা ওমখিদ্রে।

মরিশুবা উতোংহ্ হাংদোকপদা মখোয় অহুম্মক চপ লেপখি। মহুই উরবদা নিংথৌনা মচানুপীগী মংকং মতিক চাই হায়না লৌরে। অতুগা করম ভৌনা শিঙ্গিন্নগদগে হায়না হংই। কৌক্র নিংথোনা হায়রকই উতোং মরি অসি পুহনা য়ুমগী কাচিন্দা থম্মীয়; অনা অয়েক তৌবা মতমদা উতোং মরি অসি ইরাং পুজা তৌবীয় অনাবা শোইদনা ফগনি। মরমদি মী ওইবসি ইন্দ্রিগী মনুংদা ঈশিংনে মৈনে মুংশিংনে লৈবনি মখোয় অহুম্ম পুজা ভৌরবদি নায়োই অতুগা অনাবা ফগনি। উতোং মরি অসিগী মিং সনামহি হায়না কৌগনি। সনামহিগী অর্থদি মীওইবগী তোংশা নারগা শিবা তোংশাহ পুমহনা মহি ওনবা অসিগী মহুত্তা সনামহি কৌখিবনি।

পৃথীবীস্থ মাংবা মতমদা ঈশিংনা থাও ওইদুনা মৈনা চাক্রনি মুংশিংনা হুম্মদা পৃথীবীবু মহি ওলহনগনি। অস্তুম্না মীওইবগী হকচাংস্থ চপ মান্নে। সনামহি হায়বসি মীওইবনা ওকশমদা লিক অমস্থুং খুত্তা খুদোপ শিবা সনা অহ নক্তে। হৌজিক্কী সনামহি হায়ব'সদি মীওইবনা পুজা তৌবা সনা-মহিনি। লমকাং জাতিশিংনা মানহম্মবু ঐখোয়গী নিংভোন্ন হায়না য়ুমগী কাচিন্দা উতোং মরিবু পোলাং অমদা হাপতুনা ইরাং পুজা তৌনরি। খোংজাই জাতিনা তুম্মাদা হাপতুনা থমলগা ইরাং পুজা তৌনৈ। সনামহি অ'স চীংগী জাতিনা চফুদা থম্মা য়াওনৈ। মৈতৈশিংস্থ চফুদা থম্মরি। মাজহনগী মপা নিংথৌমা লোজাপ্রবদা মচাক্ষীগী মংকংতু নিংথৌপী মচা নিপা অহলদা নিংথৌমা শিরমদাইদা শিন্নখি। মহুগী মমম্না সনামহি অসি পীবা নত্তা অভোম্পা মীনা থমদে হ.য়বদি মাগী মাগী শাগৈ পীবনা থমনৈ।

সনামহি অসিদি থাইমদগী ভৌনা চীং-তমগী ইপা ইপু-শিংনা শাগৈ-শাগৈগী পীবাশিংনা থম্লগা ইরাং পুজা তৌমখিবনি।

মণিপুরগী মীশিংনা সনামহি লাই নিংবা চপ মান্নে। মসিনা উৎপদি মণিপুরগী চীং-ভম, মচিন-মনাও অমতনি হান্নবা চেন্না ম্নাদ্রবা খুদম অমনি। সনামহি অসি মণিপুরগী মীশিংনা থাদোকপা ম্নাদ্রবা লাইনীং অমনি।

---

# কুরকম নিংথৌগী ৱারী

ঙসিদগী চহি কয়ামুক্কী মমাংদা খোংয়োন খুন্দা ঙুরু কুরকম্না নিংথৌ ওইনা পানখি। নিংথৌ অসি মশক মতৌ ফজে। মশমস্থ য়াম্না শাংই। মৈতৈ নিংথৌশিংনা মিংথোল অমা পিদুনা মোয়োল শমশাং শকফবা হায়না কৌনখি।

মিংথোল অসিদগী মোন জাতিবু মৈতৈশিংনা মোয়োন মোনশাং জাতি হায়না খংনখি অমস্থং কৌনখি।

কুরকম নিংথৌনা মীকোক ইবা (থিবা) হৌদোকই। মহাক্কী লমনা কোনবা খুল খুদিং অমস্থং ইমুং খুদিংগী মী মশীংগী মতুং ইন্না চুজাক মরু পুরক্লুনা নিংথৌদা কৎলৈ। নিংথৌনা চুজাক মরু অদু থিরগা মীশিংগী মশীং খংখি।

মীকোক থিবা লোইরবা মতুংদা মহাক্কী লম মনুংদা লানবন অহুম শাদুনা লানবনগী কেম্পদা লাম্মী থমখি অমস্থং কেম্প অহুমদা লাইখুৎ শেমবুং অমমম থমই। কনাগুম্বা য়েক্লবগী লাম্মী লাক্লবদি শেমবুং অদু কম্না য়ৈবদা চীংদা লৈবা খুনগী মীশিংনা শেমবুং মখোন তারবদি মাগী মাগী খুনগী মীশিংনা লানগী খুৎশু খুৎলাই পাইরগা পন্থোংদা লান ঙাকই। মসিগী মরম্না চীংগী খুন্দা য়েক্লবা লাম্মী পংনা চৎবা ঙমদে।

কেম্পশিংগী মিং— চান্নাংচৌং খুলেনগী খা থংবা ন্নাংঙ্গোবা চিংদোনদা কেম্প অমা থমই। চিংদোন অদু হৌজিক ফাওবা শিফাইশিংগী য়ুমফম লৈরি।

অনীশুবদা অংখের চাইয়াং খুনগী নোংচুপ থংবা চিংদোনদা কেম্প অমা থমই। কেমফমদা ঙোনা লৈই-চিংবা মুং অমা য়ুংখি। কেম্পগী অরাং থংবদা ইশিংখোং অমা শেমই। ইশিংখোং অদু শিজা ইশিংখোং হায়না মমিং থোনখি। হৌজিক ফাওবা অংখের চাইয়াংনা ঈশিংদু চারি। মফমদু উমংনি মী চংবা খর কৌনৈ। কেম্পাদা থমবা লাইখুং শেমবুং অদু লাল মতমদা নিপা অমনা খুভম থিবা মুংগাই মরক্তা লোত্তুনা থমখি। নিপা অদু শিখিবনা শেমবুং থিবা ফংখদ্রে। হৌজিক ফাওবা অংখের চাইয়াং খুনগী শা তানবা মীশিংনা চৌংগী মুংগাই মরক্তা লাইখুং অদুগী মখোল তাই থিবা ফংদে হায়নৈ হায়রিবা শেমবুংগী মখোল অসিগী মরমদা অংখের চাইয়াংগী মীশিংদা হংবিরবদি শেংনা খংবিগনি।

অহুমশুবা কেম্পনা পুরুম খুলেন খুনগী খা থংবা তাংখিন চিংদোনদনি কেম্পফমদা লৈপুং অমা লৈ। কেম্পগী মনক্তা মকা লোংবা উজাও অমা হৌখি হায়রিন। মকা লোংবা মরক্তা য়াম্না ফজবা সগাই অমা শাখি। সগাইদা কারবদি নোংচুপ থংবা তমপাক্কী লম অমস্তুং চাং উবা ফংই। য়েক্লবা লানমী লাক্লবস্তু ইরাই লায়না উবা ফংই।

নোংমদি নিংথৌনা লম কোইবদা হায়রিবা শাগাইদা কাহুনা লম য়েংখি। নিংথৌগী খুংগু থাংনা উচাও অদুগী অপিকপা উশা অনিদং শানথখি। নিংথৌনা নোঙ্গরবদা মচনশিংনা হায়খি-কোঙ্গম নিংথৌনা উশা অনী থাংনা শানথখিবা উজাও অদুগী মথক্তা কাক [উচেক] নংদি তোংবগনু। মতিক মগুন লৈরবা কোঙ্গম বুরকম নিংথৌগা মান্নবা উচেক লাংমৈ ফজবা

তোংবিসমু হায়না। ইশৈনা থোনখি। ইশৈ অহু কুরকমগী রারী অরোইবদা ওইনা ইজগে।

নোংমদি কুরকম নিংথৌনা দোলাই তোংলগা থৌবাল এরিয়াদা কোইবা চৎলমই। খুমন চাওবনা খুন চমু শকফবী লুহোং-খোংদোংবগীদমক মোইরাং নিংথৌগী শামু অমা রাইরমই খুমন চমুদো শামু থকতা তোংলগা মৌ থিল্লিঙেদা মোয়োন শমশাং শকফবগা থেংনরে। কুরকম নিংথৌনা শাওনা হায়খি —ঐগী ইমাংদা শামু তোংবা করিগীনো হায়না থাং শৎ-তুনা শামুগী মখোং ওই রেৎ অনীমক থাংশাংনা রানংলে।

খুমন নিংথৌগা মোইরাং নিংথৌগা মখোই অনিমক শাওদু-না খৎনরে। মতুগী নুংঙাইতবনা মোইরাং নিংথৌনা কুরকম নিংথৌ শমশাং শকফববু হাংননবা থৌরাং তৌরে। মোইরাংগী মাইবদা কুরকম নিংথৌগী শিননবা ংংফম মুন্না য়েংলে। মাইবনা হায়রকই। কুরকম নিংথৌদি ঙসিদগী হৌনা থা তারুক শুবা মতমদা শিবা য়াবা লাংফম লৈরি। মতুদা শিত্রবদি মতম কুইনা হিংগনি হায়না তাকলে। মোইরাং নিংথৌনা কুরকম নিংথৌগা লাল তৌননবা মোইরাং কংলাদা হায়জরে নোংয়াই চাখা ঙমবনা লাল তাবা ঐ চংকনি হায়না রাবিরে।

মোইরাং নিংথৌনা কুরকম নিংথৌদা লাল তৌগনি হায়না মৈ হুম মরোল খারগা খৎহল্লে। মতম অহুদদি নিংথৌশিংনা লাল পাও শা পাওদা মৈ হুম মরোল চৎনরমই। মরমদি নিংথৌগী রাদি মৈ মোংরাককুম্না শাই হায়রবা খৎনৈ।

মোইরাং নিংথৌ মশামকী নোংয়াই চাখা ঙমবগা লোইননা লালমী শামী পুড়না ইথাই তুরেন লান্দুনা শরিক চিংকোনদা শল্লগা রাইখোং খুনদগী চকপী তুরেনগী মপান য়াকৌ খুনগী তম্বাকী নোংচুপ থৎবা চীংদা লালবন শেমদুনা লাংখোংনা কোইশিল্লগা মোইরাং নিংথৌ লৈরে।

কুরকম নিংথৌসু থিংদনা খোংয়োন খুনদগী লালনী শাম্মী পুদুনা চকপি ভূরেন লাল্লগা মোইরাং নিংথৌগী লালকনদা ফুজিল্লকলে। নিংথৌ অনিমক অকনবা লাম্থেংনরে। লালকমদা লালমী য়াম্না শিনরে। অহিং ওইরক্লবদা লাম্মীশিং পোথানরে।

নোংচাল্লগা অমুক লালথেংনরে। অকনবা লাল শোক্লবদা কুরকম নিংথৌগী লালমী কোতিন শোংশির কোকম য়েক্লবগী খুৎ লাইনা শোক্লুনা য়াইবী থরাই থারে। মতুদগী হৌনা শোংশিরগী শাগৈশিংনা কোতি হায়বা মিংথোল তোকখি। লাল অদু মথং মথং কন্না শোক্লবদা কুরকম নিংথৌগী লাল মীশিংগী চিনচাক লোইরে। অদুনা খোংয়োন খুনদগী লালমী শিংগী চিনচাক লোকবদা কুরকম নিংথৌগী রানীনা মপুরোইবা নিংথৌগী থক্লবা য়ুমগী য়ু (য়ুহ) লালকমদা থারক্লে। রানীনা থারকপা য়ুমগী য়ু অদু নিংথৌনা থকপদা রানীবু নিংশিংদুনা ইশৈ না খোনখি। ইশৈ হে আ এ কথে য়ুতু ও নিমবুং আ আ শিঠিম খিবা ও ইথেং এ হে আ এ বৃংখূ মুম মুম মাইং আ রিচ্চ ইনরুন নিংএ ইশৈগী অর্থদি ঐগী নুংশিরবী রানীনা য়ুমগী য়ু থাবীরকপা অসি ঐনা থকপদা রানীবু নিংশিং-দুনা'মিংতগী পি তাখি। হায়রনা শকই।

লালমীশিংগী চিনজাক ফংনরবদা নিংথৌ অনিমক অকনবা লাল থেংনরে। নিংথৌ অনিমক লালমী য়াম্না শিনরে অমসুং কুরকম নিংথৌগী মনাও জেনেরেল দারকমগা মেনজর মুংচিম রাংজম অনিমক য়েক্লবগী খুৎলাইনা শোকলে। য়াইবীদি মাংখিদে কুরকম নিংথৌগী কেম্পদা পুবিরগা থমদুনা লাইরেংখি। মাদু উবদা কুরকম নিংথৌ শাওদুনা মথুত্তা থাংশাং অমা পাইরগা মোইরাং নিংথৌগী লালকমদা চংদুনা নিংথৌ অনিমক কননা লাল শোকনরে। লালমী য়াম্না শিরে। কুরকম নিংথৌ লালখোংদা তাবদা মোইরাং নিংথৌনা চোংশিন্দুনা তানা থিল্লে। কুরকম নিংথৌনা মোইরাং নিংথৌদা নহাক্কী নৈপাক মাংসনু অমুক হন্না

নিংথৌ পান্দগনু হায়না শাপ-শিরাপ পিরগা নিংথৌগী য়াইবী থরাই থারে। মোইরাং নিংথৌ শাওবনা মতম অতুগী হৌনদবা কুরক্ষম নিংথৌবু মৈয়া পোং লোইখি। মৈক্ষুংদগী নিংথৌগী মশিংখা পোক থাইহনা পোংলোইরিবা শিফাই য়াম্না শিখি। হায়রৈ। অঙকপা থৌদোক অসি উবদা মোইরাং নিংথৌনা কুরকম নিংথৌবু অচমবা মী নত্তে লাইগী শকতি লৈবা অবতার অমনি হায়না নিংথৌগী পোং লোইফমদা সুংজাও অমা য়ুংখি। সুংজাওগী মনাক্তা কুরকম নিংথৌগী থাংকোক য়ুংখি। থাংকোক অদু রা ওইনা হৌখিদুনা হৌজিক ফাওবা রাপন ওইনা লৈরি। মক্ষুম অদু মক্তা কৈথেল ওইরনখি। কুরকম নিংথৌগী মনাও নিপা য়াইবী মাংহনদনা চংনা ফারগা মোইরাংদা পুখি। মহাক্কী থারাশিংবু চাংকম চাতা হায়না কৌনখি।

জেনেরেল দারফমগা মেনজর রাংজমগা মখোই অনিনা শিফাই লালমীশিংবু পুদুনা চকপী তুরেল লাম্হোক্লগা খোংয়োন খুনদা হনখি। লালমীশিংনা চকপি তুরেল লানখিবা মফম অদুবু লালমীশিং তুরেল লানফমনি হায়না লানবুং হিদেন চৌং কৌখি। (বুং হাং বদি চৌং কৌনৈ)

মোইরাং নিংথৌগী লালমীশিং খুৎলাইনা শোকখিবা মীশিংবু লোক মচা অমদা থম্নগা লাইয়েংখি। লোক মচা অদুবু অনাবা থমনৈ হায়না হৌজিক ফাওবা নাথম লোক কৌনরি। মোইরাং নিংথৌনা খুনদা হনবা মতমদা চিং অমদা চরা রানখি। তুংদদি নিংথৌনা চরা রানখিবা চীংনি হায়না চীং অদু চরাংচীং হায়না হৌজিক ফাওবা কৌনরি। অমসুং চীং অদুদা তাখিবা খুনবু চরাংচীং খুন হায়না কৌনরি। অমসুং নিংথৌগী লালমী খুৎলাইনা শোকপা সিপাইশিং লমথীদা য়াম্না শিরে। মফম অমদা কোম ভৌদুনা পোং লোইখিবা মফম অদুবু মোইরাং কোম খুন কৌমরি।

কুৱকম নিংথৌগী ৱানী শিচারবু করম্বা জাতিগী শাগৈনো অমস্তুং মহাকপু পোকপা মমা মপাগী মিং লৈকমস্ত মোন জাতিশিংনা কনানস্ত খংবা লৈতে।

মপুৱোইবা নিংথৌগা চীং অৱাংবা বাক্তুনা লময়েংবা মতমদা বুংকম চিংদোনদা মুংজাও অমগী মথক্তা ৱানী শিচারনা খোংনা নেংপা খোংকুল হৌজিক কাওবা লৈরি অমস্তুং মীতোং খুনগা ৱাফৌ খুনগগী মরক্তা চিংদোননি। অদুগা মচি চাংগী চিংখোংদা ঈশিং থকপা মতমদা ৱানীনা মুং অমদা নেংপা খোঙ্গুন হৌজিক কাওবা মচি খুনদা লৈরি। শীচার ৱানীনা পোকপা মচা অমদা লৈতে, মচাস্ত পোকতে। কুৱকম নিংথৌগী মনাওশিংনা পোকপা থারাশিং লৈরি। মখোয় অদুদি মোনশাং পানথ খুন, পুকম খুলেন, মোয়োন খুলেন লিৱা হৈবুংলোক তুমু নাপ্রুন। মৈতৈদস্ত লৈরি। 'খোংয়োমদস্ত লৈরি মীশিংদি য়ামদে।

মপুৱোইবা নিংথৌনা নোংঙ্গাগ্রবদা ৱানীস্ত করম তৌনা মাংখিবনো হায়বা কনানস্ত খংদে। মহাক্তা শিকমস্ত খংদে। নিংথৌনা নোংঙ্গাগ্রবদা মোন জাতি কবোতম্বাক্তা চেনখিবগী মরক্তস্ত ৱানী য়াংদে। অদুম মাংখি।

ৱানী শিচার অসি মশক মতৌ য়াম্না ফজে য়েংবদঃ পেনদে লৈশাবী মচাগুমনা অদুম লৈ। নিংথৌনা য়াম্না মুংশিনা থমই। ৱানী অসি নত্তনা অতোপ্পা গুপী লোদে। নিংথৌনা তম্বাক্তা তুর চংপা মতমদা লৈশাবী মচা ওইনা পুৱকতুনা লুহোংবনি। কুৱকম নিংথৌদু য়াম্না ফজবনি মৈতৈ নিংথৌশিংনা মোয়োন শম শাং শক ফবা হায়না মিংথোনবিগ্রবনি। নিংথৌসি পাখং ওইবা মতমদা তম্বাক্তী নিংথৌ মচাশিংগা শাগোল লমজেল তান্নবা খোংগী লমজেল মুকনা কাংচৈ, তা হুনবা ঈশিংদা ইৱোইবা পুন্নমক শান্নখিবনি পণ্ডিত ওঝা থমবৌ সিংহনা মৈতৈ অরিবা পুৱামগী কংলৈরোনদগী লৌথোকপদা অশুমনা ই — মোয়োন

শম শংশক ফবা মহারানীদি ফোওইবী লাইরেম্বীনি ফেলোই ভরেংকী অহোম্বীনি, মোইরাং তম্বাক্কুগী কারকপনি হয়রি।

কুরকম নিংথৌগীদমক
মচনশিংনা ঈশৈ থোনবা।

হে আ এ কুরকমনা শকপা

১। হে আ এ কাথে জুহুওনিমবুং আ শিচিম খিরা ও ইথেং এ
হে আ এ বুংখু মুম মুম মইং আ রিচি ইন রুম নিংএ
অর্থ — কুরকম নিংথৌগী রানীনা ল নফমদা মপুরেইবা নিংথৌদা মুম য়ু থারকপা, নিংথৌনা য়ু অহু থকপদ রানীবু দিংশিংহুনা মীংতগী পি তাই হায়খিবনি।

২। হে আ এ কুরকম ও নাতুন শম আ খুবুন আ শিন রেনোএ
হে আ এ খারারোম ও নাতুন শম আ রিলংমাংরে তামোএ
অর্থ - মচনশিংনা কুরকম নহাকী শম শাংবা ফজবা পুন্নমকবু লৈবাকনা নিনথৈ ছাংথৈ অহুবু করম তৌনা মংংখিবনো।
হে আ এ কুরকম ও নারেথা আ ফেনা মোয়াওপাননেএ।
হে আ এ কুমখু ইরি ও রোরোম আ জুলখু লার রিনা ও শরোএ
অর্থ ওইনা কুরকম নংগী থরাই মমিদ তম্বাক্কা লৈ ফজবা শাংলি চহি খুদিং নহাকা থরাইনা খোংয়োন খুনদা লেংবীরকউ হায়খি।

হে আ এ কুরকম ও নারেথা আ ফেনা পিরুং ও ভিরনে এ
৪। হেআ এ কুমখু ইভি ও বে রোম আ খুরোম ইভিনংশোএ
কুরকম নংগী নামি(মুরতি) তমবাক্কা মুং ওইনা য়ুঙই। মুং অদুগী মফমদা চাহি খুদিং মীয়াম তিল্লগনু হায়খি।

হে আ এ কুরকম থিংথাও থিং শারাং আ অরানংচ ওচুংমারোএ

৫। হে আ এ অরুং আ য়াকিল য়াচুং ও য়াশোত্রা অর্থ কুরকম মহাক্কা উশা শানখিবা উচা ও অতুগী মগক্কা কাক নংদি তোংবিগনু মতিক মগুন চোবা ফজবা কুরকম নিংথৌগা মান্নবা উচেক লাংমৈ অতু তোংবিসনু হায়রখি।

হে অ এ খেরাবুংনো ও ছর ইং আ খেরামুরনো ও দাইংএ হে অ এ দারকম চৈ ও জিরতাংনা কী নিংএ য়োমও ইশ এ। কুরকম নিংথৌগী মনাও নিপা ভেনারেন। শকপা ইশৈ অর্থ এনা চিংক্কা চৈশুদা ছাত্রুনা লেপা মতমদা এনা লানফমদা ৫ ছাংবা অহু নিংশিংবদা পুক্রংদা মুংশিবা পোকই। মগাক্কু লানফমগী য়েমাংথোন খুনদা হনবা মতমদা চিংদা চৈশুদা ছাত্রুনা পুক্রুং খনবদা শকপনি।

### কুরকম নিংথৌগী ফুরা য়ুংবা

কুরকম নিংথৌবু লানফমদা নোঙ্গ খিবা পোংলোইফমগী মুং য়ুংবগী মফমদা মোন জাতিনা নিংথৌ, লানমৈশিংবু ইকাই খুম্নব লেমিমল উৎপগী শেল য়াম্না চংনা ফুরা অমা য়ুংখি। ১৯৭৪ ই' ফেব্রু: থাগী তাং ৭ (তারেং) মুমিত্তা ফুরা অহু হোংখি।

তেংনৌপল ডিষ্ট্রিক চিয়ারমেন্ট কুরু মোনোনা ফুরা অহু হাংদোকপি মতুদা তেংনৌপল এরিয়াগী মী লিশিং ২/৩ তিনখি মোনশাং পনথা খুম্না চিংবা খুন অহুম মরিনা জাতিগী য়ুহোংবা কুমহৈ উংখি। কুরকম নিংথৌগী মরমদা চিনির ৎাহা খুলাকপা মোনশাং পানাথা, রুএন অংলো অথোরিতি কোম্নাথাবি মখোই অনিনচিংবা মী কয়ানা য়া ছাংখি। তেংনৌপল এরিয়াগী ষ্টেট মিনিষ্টর য়াসাতে থুংগুমনা হায়রখি। মোন জাতিশিংনা থাইনগী কুরকম নিংথৌবু জাতি গীদমক থায়াই কংখিবা নিংশিনবা শেল

য়াম্না চংনা ফুরা য়ুংখিবসি জাতিগী চাওখংপা খুদম অমনি হায়খি। অসুম্না চানদেল হেড কাটরগী S.D.O. শ্রীযুক্তো এম ভুইজর সাহেবনা, মোন নাগাশিংদ ত নজাবু ফংবা লৈরবদি তোগে হায়না লেপথ্রবা জাতিনি অমসুং মনিপুর চিংমীদা থাইনগী নিংথৌশিংগী ফুরা য়ুংবা মসিনা অহানবা ওইব য়াই হায়বিখি।

## মোইরাং কাংরৈরোন

মোইরাং নিংথৌনা কুরকম নিংথৌগী মথক্তা লাল তাননবা মোইরাং কংলাদা পুথোকপা রা। ওঃ নোংমগী কোরৌ নুমিত্তা কেগে মোইরাং নিংথৌ পুরিং লাইনা রাহোমখি।

ইপু থোংলেম, “ইপু নোংয়াই চাখা ঙমবা অঙগব' অনি” তাও, ঐখোই মোইরাং লৈপাক অসিবু “চীং নিংথৌ কয়ানা লাকচা খুতুম চনবা অসিবু„ “ইত নিংথৌ রান খুদিংনা লোইচনবা ঙমখিদ্রে„ ঐখোইবু লৈখা তানা মাংখিবা তারে। বরম তৌসিগে অঙমবা কনা কন। লান তাবা চংকদবনো “লানঙমলবদি ফমথোন মাপল হাপকে, লৈপাকী মনত্রি ওইহনগে হায়রিঙৈদা থোংলেন খুমখিদে মত্তুদা নোংয়াই চাখা ঙমবনা হায়জৈ এ ইনিংথৌ, চিংগী নিংথৌশিংবু কনা কনানো হংজৈ। মোইরাং নিংথৌ পুরিং লাইনা হায়রকই। ইপু অঙমবা শোংবুং খুঙং মাপন. খেনতে চাইরেল, হাওকাপ চৌংশাং, অমনা লানফৌ, মহৌ তোনশেল, মোনশাং অসিনি হায়না তাকলে।

নোঙয়াই চাখা ঙমবনা ননাই ঐ লান্দাবা হাম্ন চচ্চগে হায়জৈ “মোইরাং নিংথৌ পুরিং লাইনা য়াবিন্তুনা লান্দাব চংলে চিংগী নিংথৌশিং কয়াগা লাল থেংনরে হায়রিবা চিংগী নিংথৌ কয়া মরুমদি য়াইবি মাংদনা চংনা ফারে মোয়োন মোনশাং নিংথৌদি চংনঃ ফাবা য়াদ্রে অকনবা লাল থেংনরে। কুরকম নিংথৌ লাংখোংদা তারে মোইরাং নিংথৌ

মশামকন্য ত না থিল্লে। [কুরকম] কোঙ্গম নিংথৌনা তা অদু থেংকী খুংনা পাইরে, ওইগী খুংনা মহাক্কী শমদু মকোক্তা য়েংলে অদুগা মোইরাং নিংথৌদা হায়রকই— "ঐ বা হায়গে ত.ও, নহাক্না ঐবু হাংথিবা দোষনা নহাকপু মীনা হাংপা ওইসনু নুঙাইনা পানগনু" হায়না শাপ-শিরাপ তৌরে।

কোঙ্গম নিংথৌ মশামকনা তা শন্দুনা য়াইবি থরাই থারে। কোঙ্গম নিংথৌগী হকচাংদো উকুদা হাপলগা মৈদা পোংলোইবদা মৈনুংদগী উকু অদু পোকথাইরক্নুনা পোংলোইবা লাম্মী য়াম্না শিংখি। উকুদা নিংথৌগী হকচাং থিবা ফংদ্রে, অন্ধকপা থৌদোক অদু মোইরাং নিংথৌনা উবদা কোঙ্গম নিংথৌবু লাইগী অবতার অমনি হায়খি। নিংথৌগী পোংলোইবা মফমদুদা মোইরাং নিংথৌনা নুংজাও অমা য়ুংখি, কোঙ্গম নিংথৌগী মনাওনিপাদি য়াইবী থংায় মাংদনা চঙনা ফারগা মোইরাংদা পুখি। মহাক্কী থারাশিংবু চাংগম চাতা হায়না খংনখি।

লাল লোইব্রদা মোইরাং নিংথৌ পুরিং লাইনা নোংয়াই চাখা শমনব ফমথোল মাপল পিদুনা হাপ্লে, ফমগী মিংদি—
১। লাইরোই হনজবা ২। লোমী লাকপা ৩। খাদা হনবা ৪। পুথ্রমবা ৫। নোংথোনবা ৬। ৈকরুংবা ৭। শেলুংবা ৮। পুরেনবা ৯। মনত্রি, ফমথোল মাপল অসিগী মতুত্তা নোংয়াই চাখা চুমবা পুরেনবা কৌনরে, খংনরে। কোঙ্গম নিংথৌবু চকপা মহারাবা খুকউ তাং নাইদবা নোপোক নিংথৌরেনলি, নুমিংকী মচানি হায়রে, লাইরিক অসি মোইরাং কংলৈরোনগী মৈতৈ অরিবা লোননা ইবা, হনদোকপিবা রাজ লোইশংগী পণ্ডিত, ওঝা শমজেংশাবম কাল্লা সিংহনা মৈতৈলোনদা ইবিরে।

———

## উমরল অমস্তুং মোন জাতি

## কবোদা চেনবা

কুরকম নিংথৌনা মোঙ্গাগ্রবদা মোন জাতিশিংবু উমরল নিংথৌনা লুচিংড়ুনা কাবে তমবাক্তা চেনখিড়ুনা চিংদা পানখি। অমস্তং অংকো কোবা নিপা অমা নিংথৌ ওইখি। অংকো নিংথৌনা পানবা চিং অদুবু নিংথৌগী মিং লৌড়ুনা অংকো চিং কৌখি। হৌজিক ফাওবা কৌনরি। মখোয়না পানবা খুন অদু তেমবুং কোবা মফমদা হৌজিক ফাওবা য়ুমফম লৈরি।

অংকো চিংদা পানবা নত্তুনা অতোপ্পা লমদা পানবা খুনগী মিং বুশুরে হৌজিক্কী তুমু তমবাক ইতোমকুং, নাপ্রন, উাগ্রা, মোরে, মোরেংফে, মালংফে মংকাং, রেরেন, থংবুং মীনৌ. মামো শাররুংনচিংবা মফমশিংদা খুন্দাখি।
খুনশিংগী মীশিংনা তুমু তমবাক্কী নোংচুপ থংবা চিংক্তাও অমি পামলৌনা য়াল্লগা মৈ থাবা নত্তমদা মৈখুনা হায়রিবা খুনশিং অসি কুপশিনড়ুনা মুমিং মঙাল ফংদবনা য়েনশিংনা য়েনকোনদা কাখংলি হায়নৈ।

মতম খরা লৈরগা থাইরেন জাতিনা লাল হৌড়ুনা মোন জাতিশিংবু চিংদা কাড়ুনা খুন্দাইনখি। মথক্কী রারিশিং অসি উমরল নিংথৌগী ইনৈদ লোবনা থংবা উমই। তুমু তম্পাক্তা পানবা অসিদা পুরুম চোথোশিংস্ত য়াওই। ইশৈ অদু অসিনি:— হে আ এ অমিনো ইথুর আ এ রিমপনো ইথুর এ (লালপানো) হে আ এ শিরতি খুকু উমরল আ এ বুশুকে চুম শিংএ অর্থ — মোনশাং খুলেন উমরন ঐদি রিমপনা তানপিড়ুনা কবো তমবাকতা চেংখ্রে হায়রে।

হে আ এ শিরন্তি খুকু উমরল আ এ বুশু কে চুম শিংএ
হে অ এ কাদার য় রনা পেনথ জুল আ এ পেনতি কেশ

শংতে এ। অর্থ – ঙমরল ঐদি কবোদা চেনগ্রে ঐগী লম পেনথা জুল্লদা ঐগী শেনবু লোংফমদু হিচংথাংবমকনি হায়রি।

হে আ এ শিরংতি থুকু ঙমরল আ এ বুশু ফেচুং শিংএ
হে আ এ উমরি তুকেং কাশনা কাপম ও পেনথা জুল আ এ পেন কেশ শংতে এ। অর্থ—ঙমরল লমদা শাঙ্গা অহাও অথুম চানবা পেনথা জুল অদু হিচংথাংগলগনি।

হে আ এ বুশু কুমং রিমু আ এ রীচি কতিং রেননো এ
হে আ এ শাচর রোমরে লাংথিং আ এ তিংতেন শিমমা ইং এ
হে আ এ বুশু ফেচুম ইংকা এ কাতিন তাশম রুকোএ
হে আ এ শাচর রোমরে লাংথিং আ এ এরুশিমমা ইং এ

অর্থ — ঙমরল নিংথৌনা পানবা খুনদি অংব্রশু খুনগী অরাংথংবা পানথা চিংদোলনি।

অর্থ— কাবো তম্পাকতা লাঙ্গেনচুনা অনা অয়েক ফংবা ১সুং ঐগী মুপি শিবা অসিদা শক্ষং ফাকুনা য়ু-হোংবা অসি ঐদি করিস্ত নিংবিদে [পামদে] হায়রি।

হে আ এ খোয়োন খুনগী ইশৈ
হে আ এ রিংরেনপাও থোখেন আ ফুশির ইলোং মুকোএ
হে আ এ কাখুও খুংজুল আ বুশুফে চুম শিংএ
হে আ এ বুশু ফেচুমও মুকা আ বোরোম তিন রেননো এ
হে আ এ শাচর রোমরে লাংথিং আ রেথা কুলনা ও তারুএ
হে আ এ বুশু পামনো ওংমু আ ফুশির ইলং ও নোংচুবো এ
হে আ এ শিশিমবেও তানা আ জুল খুহেন জোং ও তারু এ

অর্থ -ঐখোয় মীগা লাম্নেংনচুনা মায়থিবদগী কবো তম্পাক্তা চেপ্রক্তুনা খুন্দাররে অমসুং য়ু-হোংনচুনা হরাও কুমহৈ তৌরে। অদুবু কবো মশেন লাল তৌনবা হাংনবা অসিদা ঐখোইগী হান্না পোরুফম খুনদা হল্লসি হায়না শকথিবনি।

# কবো ঙমবাক্তা পান্‌দা

মতম অহুরাইদা তুমু তম্পাক অসি মী খুন্দারুমদে, নিংথৌ পান্নমদে। হৌজিক পান্নিবা তুমুশিং ( শ্যাম জাতি ) জাতি অসি দিমাপুরদগী লাক্লুনা লোকসিদা [তুমু] খুন্দারখি। অস্তম্না চৌংদা কারগা খুংথাং খুনগী মখা লাফুপোক্তা খুন্দারখি মতুংগী মতুংদা তুমু তম্পাক্তা মোন জাতিগা শ্যামশিংগা তিন্নহনা পানখিবনি। হৌজিক ফাওবা তুমুদা মোন জাতিগা পানদিন্নরি কাবো ঙমবাক্তা পানবদ ব্রহ্মা লমগী থাইরেন জাতিনা লাল তৌবদা কবো ঙমবাক্তা লৈবা মীশিং চিংদা বখিব খুনদ— মেজুলকং খাগুং, শোরতে, শোরতুং, শে রুথেন, লমপনি, খোংলেন, খোংলো অসাম খুলেন, কাংপাং, গুপ্রাম রুংমন মেরিং লুথল, হৈগাংলোক, শারম, হৈহও পোকপি, হোলবাগার, হৈবুংলোক, কারং, নিশমলোক, পোইরৌ, লৈবোল, লেমবা, নারুম য়োংখুল। নোংচুপ লোমদ তব খুন শৈরুং ঙমবাক কাংচুপ চিংখোং তাবা তামা খুলশিং অসি মোন জাতি অমতনি হায়রৈ। মখোয়গী লোন খ খর কে গো কহ উ-হাল চংবা শ গুগী চিং চক্‌নদি লোইনা তিনরৈ, মায়ৈ। কবো তম্পাক্কী অবাংলোম লমাশং কবো মীশিংনিং। কবো ঙমবাকী নোংচুপ থংবদা কবো ঙম-পাক্কী খুনশিং রেরেন, মংকাং থংবুং, মীনৌ, মোজেল খুনজোল খুনেন খোংয়োন মোনশাং পানথা মীতোং য়াম্পৌ সরাই নিরা-খুনলে হৈবুংলোক চনদোন পোকপি হৈগ্রু ঙমবাক কাম্নাথাবি পেনাচিং লিরা চনিং অসিনি।

———

# মোন জাতি কাব্যোদগী হুনবা

## মোনশাং পানবা

মোয়োন মোনশাং জাতিনা কাবো তমবাকদগী হল্লকপা মখোয়না হান্না পানবা খুমনদা পাক চংনা পানবনা মুংই হায়না খোংয়োন খুমন অমসুং মোনশাং পানথা খুমনদা চংদনা মাগী মাগী অপাবা লমদা খুন শেমদুনা পানবি। অহুবু মতম খরগী তুংদা খোংজোন অমসুং মোনশাং পানথা খুমনদা হনদুনা পানখি। কবো তমবাক্তগী লাক্লগা কুনান শমখুম রুমফুতুং, তাংবিনচিং, পিনাখু (পেনচিং) চিশুম, খিচংকুং শমমুংখির মললাংখুন (মোদি খুনগী মখা) মোনশাং পানথা খোংয়োন খুন অসিনি। খুনসিং অসি অহুলশিংনা ঈশৈনা থোনবদা থংনৈ। হৌজিকসু মোদি খুনগী থাথংবদগী হোনা চানদেল কাওবা মোনগী জাতি পানখি। অমসুং মখোইনা মংলা থাবদা লুং অচৌ অচৌ যুংবা হৌজিক কাওবা লৈরি। ঈশৈনা খোনদুনা হৌজিককাও শক্লরি। মখোয়না কুনান শমবুম খুনদা পানবা মতমদা ইনাক খুনবা কুক্লতি দাল্লশাল্লং কৌবা নিপানা য়ুহোংই। য়ুহোংবগী, পাখং লৈশাবীশিংনা রুমফুতুং কৌবা খুনদগী পাখং লৈশাবী কৌনবা রাংলান রুংশিনবু খুম্ন থারে। রুংশিননা, খুন থুংলুবদা লৈশাবীশিংনা রাংলান রুংশিনবু য়েংবদা য়াম্না কজখি

মখোই খুনগী পাখং বিংখিতুর কৌবনা পাখং অহু য়াম্না ফজে হায়না নিংজনা অহু শমবুম খুনগী রুংসিন কৌবা য়াম্না হেনলে। লৈশাবীশিংনা মখোই অনিবু চাদনদুনা ঈশৈনা থোনখি ইশৈ অহু অসিনি।

হে আ এ বিংখিতুর আ এ রুংশিন আমু য়েনখে এ

হে আ এ শরাং খিলপা বিংবিতুল আ এ তি তেন শিন্নবা

ইং এ রুমফুতুং খুনদগী মী খরনা তম য়োম্নদা খুঁলহোজি

হায়রবদা :অহল অমা চিংদা অতুম লৈশে তম্বাক্তা হোংগন্নুসে হায়রা হৈশেনা থোনখি মাহুনা হৈশে
হে আ এ রুমকুতুংনা ওংমু আ এ শানা রিরিনা এ
হে আ এ কেচি চুমমা মানু আ এ লমথিং কলশা তরু এ
রুমকুডুং খুনদগী লৈবা মীগা ফুনান শমবুম খুনদগী লৈবা মীগ তিন্নচুন্না হান্নগী মখোইনা পানবা খুমন মোনশাং পানথা খুনদা হোংচুনা পানখি। চহি কয়া মুক্তী মতুংদা লমকাং জাতিগী কোশিন কোবা নিপা অমনা য়ুম লাক ৫/৬ পুরগা, মোনশাং খুনগী শানথা মোশির নিংথৌদা নখোইগী খুনদা পানজগে হায়না নিরে। মোশির নিংথৌনা য়াবিচুনা লমকাং য়ুমনাক মরিবু মোনশাং পানথা খুনদা পানমিননৈ

চহি খরগী মতুংদা লমকাংশিংনা খুন তোপনা পানজগে হায়ন' নিংথৌদা হায়জরে নিংথৌনা য়াবিচুনা কোশিন লমকাংবু মন্ত্রি কম হাপ্লগা মন্ত্রি পানথা খুন হায়না মিংথোদবীরগা তোপনা লৈহনখি। কোশিন মন্ত্রি খুন চহি কয়া মুক পানগ্রবা মতুংদা অনান জাতি লামহৌ চরুনচিংবা খুনদগী লাক্তুনা মন্ত্রি পনথা খুনগা তিন্নচুনা পানখি। মতুংদা মন্ত্রি পানথা খুনদগী খাঈরগা লামবুং খুন হায়না অনানশিং তোপনা পানখি।

হায়রিবা লমকাংশিং অসি কাবো তমবাকলোমদগী লাকপা লমকাংনি মখোয়গী মনুংদা এমোন, মকাং জাতিসু য়াওবনি।
মোন জাতি শিংনা কাবো তমবাক্তগী লক্তুনা কোম্নাথাবি অমসুং পেনাচিংদা পান্নখি। মখোয়গী খুলাকপা অহোং কোবা নিপা অমনা তম্বাক্তা লৌ উখি মহাক্কী মিং লৌচুনা হৌজিক কাওবা অহোং লৌবুক কৌনৈ। পেনাচিং খুনদগী খা থংবা চিশুর চিংদা পানখি। চিশুর খুনদা খোমর(মেনরুংপা) কোবা অহল অমা শিখি। মহ কী মংলাং থাবগী ফুংজাউ ফুংবা হৌজিক

## কোয়্রাবী অহোং লৌবুক

কাওবা লৈরি। মখোয়না খুন অহু থাদোক্লুনা থিচংকুদো পানখি অমাত্তুগী মংংদা শমসুংখিলদা পানখি। অমুক খোংয়োন খূনদা পানখি। হৌজিক কাওবা পানক্লনা লৈরি।

চাহি কয়া মুক্তাংমতুংদা চোথে জাতিগী পূকম খুলেলদগী লাক্লুরা যোম জাতিগী খুরম চিংতুর খুমনদা পানখি। মতুংদা অহোং লৌবুকী থাথংবা চিংদো পূরুম চুংবং হায়না খেনন্নুনা হৌজিক কাওবা পানক্লুনা লৈরি।

চাহি কয়া মুক্তা মতুং তাগবদি যোম জাতিগী শোক ১৯২৪-২৫ ইং লিরা খুলেনগী মী লাক্লুনা পেনাচিংগী নোচুপ থংবা মহাড়য়েন খাংদা লিরা খুনৌ তায়না খুম শেমগুনা পানখি। মখোয়মা খৃষ্টান ধর্ম্মদা চংলগা খেংয়োন খূনগী রুএল খোমাবু কৌরগা খৃষ্টান ধর্ম্ম অমসুং এল পি স্কুল শোক ১৯২৮ ইংদা হৌদোকই। মাতুংগী শোক ১৯৩১ ইংদা রুএল খোমাবু তেংমৌ পল এরিয়াগী খৃষ্ট ধর্ম্ম শনখোক্লুবা মিসনরী পেত্তিক্রু সাহেবনা ইবেনজলি কম হাপতুনা ধর্ম্ম শনদোকই। মতম অমুদা লিরা খুনৌ খূনদা রুএল খোমাগা চুরু শোংতিগী খোংয়োন খূনগী মী অনিজা পানখি। মতুংদা চিংবা পানবা তাক্লবদি চুংখেং খূম খোংয়োন মীতোং খূনগী মীশিং খোমক্লুনা শোক ১৯৪৫-৪৬ ইংদগী হৌনা ভূমপাক্তা পানখি। মখোই অমুগী খূম কোয়্রাবী, পেনাচিং, হৈগুভমপাক খূন অমিজি।

পানখি। মখোইনা খুনচু থাদোক্কুনা অহোং লৌবুকী মনাক্তা পুরুম চুংবং খুন কায়না হৌজিক ফাওবা প্লাল্লি।

## থিচংকুং, শমজুং থিম

মোরং জাতিনা থিচংকুং খুনদা পানবা মতমদা চারু শাগৈগী মচিন মনাও রাংরুগা বিখিগা থুমখোং অমগীদমক ঐগী হামেংনা উবনি অমনসু ঐগী হামেংনা উবনি হায়-। খংনরে। খুনগী নিংথৌনা বখোইদা ভাকলে নখোই অনিমক থুমখোংদা লাং অমমম থমজই। মমা লাংদা শা থুবা মী অচুনা থুমখোং অচুগী মপু ওইগনি হায়না য়াথং পিরে। মতুংদগী বিখিনা খোংয়োন খুনদা কারে। রাংরুনা অনাল থুলেনদা কাপ্তনা পাম্নখি। থুমখোং অচু লিরাসারই খুনগী মরক্তা থুমখোং লৈবা অচুনি। মোরং জাতিগী লোনদ হামেংনা উবা থুমখোংনি হাঙ্কনা কৌল বাচ্চ কৌই। মৈতৈ লোনদা সরাই থুমখোং কৌ-রি।

থিচংকুংদা লৈবা মতমদা মী অমনা ঈশৈ শকই। এই অশিও য়ুংগুন ইংকোএ চিতাংও য়ুংগুন ইংকা ইন্দুময়ে ইরাং রেনোং শাএ শারিংপা কুংনো শামিন জিক্লোংএ। যদ্দং হাং পগী ঈশৈনি। মংলা থাবগী তুং অচৌ অচৌবা কুংবা হৌজিক কাওবা লৈরে।

মাতুদগী চিকেপ লাই চিংদা কারে। খুন অদুদা পানবা মতমদা শমজুং কৌবা নিপা অমনা থিল হোললে। শাথং লৈশাবী শাবদা নিপা অমনা ঈশৈশন্না খোনখি।

হে আ এ শমজুং থিমরে শংকু তুকিন ও ইনরএ হে আ এ অঙুং ইনাও ও কুংবা আ চাংবেন কেন্রিশাএ।

হে আ হো ইহু পিংগুও শমজুং থিব আ পিরংগুমা ভিংএ হে আ-হে একরেং নিংবে শমজুং থিব আ জিকমায়া রোম শিপরাএ

অর্থ শমন্নুংনা থিলহোংবগী অংগোই শাবা শংকুবু য়াম্না কৈ। পুংগৈবা রুখংগী খুত্তি য়াম্না চোকথরে।

কনাগুম্বনা শমন্নুংনা য়িল্লা হোংবা মুং য়ুংবসি য়াম্না চাউবা মুং য়ুংত্রা হায়না য়েংবদা খুংকাও থমকম লৈখিত্রে হায়। চিংন্নু শমন্নুংগী মিং লৌয়গা শমন্নুংথিল-চিং হৌজিক কাওবা কৌনখি।

## খুন পানবা

মখোইশিং অদু মীতোং অমন্নুং খোংয়োন খুনদা পানখি। মী থরনা কবো ভমপাক্কগী লাক্লগা তাংখিন চিংদা পানখি। তাংখিন চিং অসি হায়না কুবরুম নিংথৌনা সিপাহিগী কেম শান্না মকমনি হায়না হান্না ইগ্রবনি। খুন অদুগী ঈশৈ

হে আ এ কারম আ ত্রেন তাংখিন ও কাহংশিএ। কে আ এ ত্রেন তাংখিন ও শুংনা আ লোহোল কুমচও খুনইংএ

অর্থঃ এগী লম তাংখিনদা চিংদা লোহোল এনা ঈশিং খোং অমা শেমই হায়রম্লিনি।

অদুগী হৌজিকী চামদেল হেড কাটরগী থা থংবা মোজি খুনগী থা থংবা মকমদা মল লাং কৌবা নিংথৌ অমা পানখি। মহাক্না য়ুম্নোংবদা নিপা অমনা ঈশৈনা খোনখি।

হে আ মললাং ও মংলাং কুরকে ইশাএ য়া য়া আ মেনচোং শাপা ও কুল হা য়ুংলাম মাংংএ।

অর্থঃ মল লাং মংগী শুবাং অসি য়াম্না ফজে। মহাক্কী য়ু হোংবদা মী পুম্নমক অংগোই শাবা ফজে হায়না থাগংলি। চকাপি তুরেলগী নোংচুপ থংবা মল লাং নিংথৌগী লোক মচাখগী হৌনা নাথম লোক কাওবা মোংশিংনা পানখি। হৌজিক কাওবা মখোইগী খুনকমদা মংলা থাবগী য়ুংজাও যুবা

নাইদ্রে। নিংথৌনা লিম্বু মতুপ মতুপ কককুমা শা মতুম অহুম অহুম মুমলাক খুদিং চাংলোইবু য়েনহল্লে। মকনগী নিঙোম রিমন্থু কৌবী লুপ্রাবীনা মচা নিপা চোথে কৌথবা মচা হুপী হাংমৈহু কৌবীগা অগাং অনি কোন্নুনা ভুমলমই। ভুমিদ'ং শা য়েনবা চাংলোইনঃ লুপ্রাবীদা মহাকী শরুক লৌবীযু হায়বদা লুপ্রাবীনা ঐদি অগাং অনি কোনহুনা চোগৎপা ঙমদ্রে শাহ্র মাঙ্গোনগী য়েনকোনদা থমবীযু হায়রে। শাহ্র য়েন কৌনদা থমবীরে। মহাগী অহিং নোঙৌরমকাইদা শা মতুম অহুম অহুনা য়েন ওইনা কে ক্রে কে মেনতে লৈপাক লৈকিনথা হায়না অহুমলক খোংলে।

রিমন্থু কৌবী লুপ্রাবীনা য়েন খোংবা ভাবদা মচাশিং অনিহু পোহুনা উমংদা চেনখ্রে। মহাক্না উমংদা লৈবা মতমদা মেনতে থুনহু লৈপাক কিনথহুনা থুনগী মী অমহুং শাক্না পুম্নমক লৈপাক্কা ননহুনা ভুমনা শিরে। মী অমা কাওবা হিংখিদে। লুপ্রাবীগা মচাশিং অনিগা মী অহুম থক্কা হিংখি।

মতম থর লৈরগা মচা অপিশক অনি থনমলগা লুপ্রাবী নোঙ্গাখ্রে। অগাং অপিশক অনিহু উমংদা লৈরবদা চোথে ধরা মাংবা য়াদে হায়না লাইরেননে, শাওমনে, কৈনে মখোই অহুম্না অগাং অনিহু অকং অকংবা চিঙ্গাক পিহুনা য়োকপিরে। অমহুং অগাং অনিনা পাথং লৈশাবী থোক্লবদা চোথে ধরা মাংবা য়াদে হায়না মখোই অনিবু লুহোংবিরে। মখোই অনিগী ধরাশিংবু মথং মথং লৌনা লৈনহুনা ভুংদদি চোথে জাতি হায়না খোনখি। চোথে কায়বা মিংসি থাইনগী মপা মপুগী মিং চোচাপী কৌবা অহুদগী লৌরগা রিমন্থু লুপ্রাবীনা মচা নিপাবু চোথে খোনখিবনি।

চোথে জাতিগী ইরাৎ পুজা তৌবা মতমদা মপা চোথেগা মমা হাংমৈহুগী মিং পনহুনা ইরাৎনৈ। মহুদি মাইবশিংনা "চোথে হাংমৈহু পাথংবা, শাওমনা নাওয়োকচিং, পামবা কৈনা

মাওংথমচিং ফাম্না পূজা তৌনৈ " চোথেং'জাতিমা রাইরেং নিংথৌবু মেনতে লৈপাক কিন্‌থকা মতমদা লৈপাকনা মন্দুনা শিখি হায়না নিংথৌগী ফম তোক্লুনা নিংথৌগী মহুৎতা খুলাকপা হায়না ফম হাপনৈ। খুলাকপা ফমদু তোকপা মতমদা রাইরেং নিংথৌবু লৈপাক্লু মন্দুনা শিখি হায়বদগী খুলাকপদু মখোং মখুং পুনদুনা পোলাংগী মঙুংদা হাপিলগা চিংগী অহুম্বদা থাদদুনা হাংনৈ। হৌজিকতি হাংপগী মহুৎতা খুলাকপা ফম তোকপা মতমদা মতিক চাবা ঘন ওকনা দন্দি তৌহুনা কোকপি। হাংনদ্রে। মতম অহুদদি খুলাকপা ফম ওইবা কৌনরমই। মরমসিনা চোথে জাতিনা শাগে খুদিং মী অমমম ফম হাপনৈ অমম্বং মথং মনাও নাইনা, খুলাকপা ফম ওইবুনা, শিংবা কৌরবস্তু চেম্নবা উপাই লৈতে। হৌজিকস্তু খুলাকপবু হাক্তে হায়বতনি শাগে খুদিং মী অমমম থোক্লুনা ফম হাপনৈ।

চোথেশিংনা মোইরাংদা কাবুইশিংগা তিন্‌না পানমিন্নবদা চোথেশিং ফুংঙাইতবনা মোইরাংদগী কাংলুপ অহুম থোকনা চেনখ্রে। কাংলুপ অমনা লমরাংতোং চিংদা কাংলুপ অমনা খৌবুম চিংদোন্দা পানখি। চিংদু খুবম থিবনা ফুংকৈগী মরক্তা লম্পাদা খোংকাপ অমমম কাল্লগা কাই হায়না মখোইবু খোংকাপ খুন হায়না কৌনৈ। তুংদদি হৌজিক ফাওবা খোংথাং খুন হায়না কৌনরি!

কাংলুপ অমনা থাইনগী পোলোনগী মিং লৌরগা পুরুম চোথে হায়না কৌই। মোইরাংগী নোংপোক থংবা চিংদা মোন জাতিগা লোয়্ননা কারগা খোংয়োন্দা পানমিননৈ। মখোইগী খুনফমদি—শারাচিং, অংখুরিন, থাংকৌন খুমনদু হৌজিক ফাওবা লৈরী। মখোইগী খুনদা মুং য়ুংবস্তু লৈরী। তুরুখা চিংদা ঈশিং তুংহনা ঙা য়াম্না লৈবা মোন জাতিনা কৌদুনা পুরুম

অদুম্না চংবা ভুমদবা অহবু চোথেগী মাইবনা ঈশিংদু কংহনদুনা শ্না য়াম্না কাখি। পুশ্রী কংননবা খোং ভোবা ফৌজিক কাওবা লৈরী।

মখোয়না ইখারবু, ভোংভৈবুং চিংদস্ত পানখি। মোন জাতিনা কীবা মীনা মুং ওনখিবা শামু মুক চাউবা মুংগী মনাক্তা লৌউবা চোথে নিপা অমগী মচা অমা শিখি। নিপা অদুনা মুংগী লাই নহাক্তা ইচা হাংপনি হায়না মুংথং অচৌবনা মুংদু য়ৈবদা মতুম অমা কেনখি। মোনশিংনা কীবা লাইদু নিপা অদুনা কীরমদে।

কুরকম নিংথৌগা মোইরাং নিংথৌগা লাল ভৌনদুনা কুরকম নিংথৌ শিথ্রবদা মোন জাতিশিংনা কবো ভমপাকতা চেনবা মতমদা খোংয়োম লমদা লৈবা চোথে জাতি পুম্নমক্তা চেনখি। অমস্তুং ভেমবুং কৌবা চিংদা অংকোনা নিংথৌ ওইদুনা চোথে জাতিশিংগা পানমিন্নে। মতম খর লৈরগা মখোইনা তুমু ভমপাক্তা হন্দুনা পানখি।

চোথে পাথং অমনা হ'মগী অংকো চিং খুমনদা হৈনৌ হেকপা চংখি। মোনগী লৈশাবী অমনা চোথেগী পাথংদা মৈতৈ লোম্না হৈনৌদু পুরকপরা হায়না ঈশৈনা হংই। ঈশৈদু অসিনি "কবো লমগী হৈনৌদো পানত্রা, ও পাবদি পাল্লমববো মাল্লং ঈশিং চাওবনা হেকঙমতেভো" পাথংনা খুমই হৈনৌদু পাল্লমগনি মাল্লং ঈশিং চাউবনা হেকপা ঙমদ্রে, হায়।

অস্তম ভৌনা কবোদা (বর্ম্মা) পানবা মতমদা থাইরেন জাতিনা বর্ম্মাদা লান ভাবনা থুনা মনিপুর চিংদা মোন অমস্তুং চোঁথেগা লোইননা হল্লকখি। খোংয়োন অমস্তুং ভোংতৈ চিংদা পানখি। মতম খরা লৈরগা চোথে জাতি পুমনমক

য়াহু চিংদা হনহুনা পানখি। য়াহুচিং হায়বদি হৌজিক পুরুম খুল্লেনগী চিং অদুনি। পুরুম চোথে মী খরস্থ রাংলমদা কাখি। পুরুম চোথেশিংসি লোলদিয়বা য়াওরি।

## তোংতাইবুংগী ঈশৈ

য়াহু চিংদা পানবা মতমদা খোংয়োনগী লম তোংতৈ চিংদা হনসি য়াহুচিংদা পানবা মুংঙাইতে য়াম্না . রাই, নংই, হায়না অয়াম্বা মীনা হায়রে। অহন অমনা.. হায় তোংতাই চিংদা পানবা মতমদা লাইর ইনাক খুন খাইবনা নখোই পুম্নমক যন অমস্তুং শেনবুং লোইত্রা তোংতাই চিংদা হনসি হনসি হায়বসিবু হায়না ইশৈনা শকই। ঈশৈঃ—অশিং নবিন তোংতাইবুং ও, নৌপুং ন'রিল তোংতাইবুং ও তোংতাইবুংরে ইহু থেমমো মরলো রাংলৌ কামো শোমসের শুনা মোএ। লাংরৌ কামো লোমদার শুনা মোএ। অসিনি।

মোন জাতিগী তোম্নু কৌবী (শিনবু জুল কোবী) মশক মতৌ ফজবী অমস্তুং য়েংবদা পেন্দবী লৈশাবী অমবু চোথেগী পাথং রাংঙো তাংশা কৌবা নিপা অমনা লুহোংই। ঈশৈনা চোনখি। ঈশৈঃ—শোনা কৈতেং ও রুংতুন মী হা তা ও হাচো রুংরেং ওই ও। অর্থঃ—মোয়োন লৈশাবী য়াম্না ফজবী অসি মংকং য়াম্না পিহুনা লুহোংসি। মোন জাতিগী য়াম্না ফজবী লৈশাবীহু লুহোংহুনা মখুনদা পুবিরে।

মহাক্কী খুনগী মীশিংনা মোয়োন লৈশাবী য়াম্না ফজবী অসিবু মহাক্না করম তৌনা লুকোংহুনা পুরকপনো হায়না য়াম্না ওক্লা হংনৈ। মখুনগী রাহু তাবদা নাপল তৌহুনা তাংলে। পাথং ময়াম্না শক ফজবীবু মুই-তা-তুনা হাংননবা থৌরাং

ভৌরে। থুনগী পাখংশিংনা তাংভৌ শরুকপুমি ঐনা উমংদা পুদুনা হাংকে হায়না মরুপ অমগা উমংদা পুদুনা ফজবী লৈশাবীদু পুরকপনে।

জুলম্নুনা শিংগ্রবা মতুংদা চোথেশিংনা ফজবীদু করম ভৌনা হাংখিবা হায়নী মীশিংনা ঈশৈনা থোনবদা জুলম্নু থোনবগী ঈশৈ অহিং অমা ফাও শকপদা লোইবা ঙমনদে। চোথেংগী হয়াও কুমদা হৌজিক ফাওবা ঈশৈদু শরুরি। (মসি মৌইরাং থোইবীগী ঈশৈগা মামনৈ)

চহি করামুক্কী মতুংদা চোথে পাখং রাজুম কৌবা নিপা অমদা যোম জাতিগী মশক মত্রৌ ফজবী শংগু কৌবী লৈশাবী অমা লুহোংলে। চোথেশিংনা শক ফজবী হায়না মহাক্কী মিং রুখিম মীত্রাম্নু হায়না কৌবী।

মশকতি কজৈ হায়বদু থবক থুনা শুবা খয়া হৈখিদে। মপুরোইবগী মমা মপানা ইমৌসি থবক শুবা হৈতে মচা নিপাদা থাইমৌ হায়রে। মচা নিপানা থাইনবা য়াদ্রে। মপানা ইমৌ অসি লফু মরোলগুম নৌই অমম্নং মশক মভৌ কজৈ ঐনা খইই। অদুবু থবক অমতা শুবা হৈতে হায়না ভাক্লে। মচানা থুমই মহাক্কা ভৌগদবা থবক পুম্নমক ঐনা ভৌগনি মহাক্তি ঐখোইন খুহোং চাক হোংবদা ঈশিং শোক-পিবা শিংচনবা ফৌ শুরগা লোইরো নখোইনা ঐগী তুপীবু থাইনৌ হায়না থাং ভৈম পাইরগা ঐগী থক্তা লাল ভৌরবম্নু শিবা কিবিদে। মহাক্না পুনশিচুপনা পল্লগনি থাইনরোই হায়না য়াখিদ্রে। মচানা য়াদবনা থাইনহনদ্রে অদুম পানবি। মমাংদৈদগী হৌনা চোথেগা মোরোলগা দ্রিংথেম্নব লৌনৈ।

# পকন-অনান

অনান জাতিশিংনা লৈমুংদগী লৈমাই থজা খোরকপা মতংদা খোঙদা হিংচাবা (চামং) কৈনা চাইদুনা হাম্না খোকপা মীবু কাহনা হাংলগা চারে। মখোই কৌবনা খোকপা ওমত্রে। পকন কৌবা নিপা অমনা, মচা নিপা অনি পোকই। মচা অনিদু মোঙম অমস্তং মূচর নায়না মিং থোনখি। মোঙমনা মচা নিপা হানচা পোকই। মূচরনা মচা নিপা হানগু পোকখি।

মখোই অনিসি শা লানদা শিবা কৌদে, অকন অখো, মী ওইরমই। মখোই অনিনা হিংচাবা কৈ অম্বি মাংননবা খোরাং ভোরে। মখোইনা উচেক শংগু ময়াম খোমলে। উচেকশিংদা ভাকই নখোয়না হিংচাবা অসি য়োমশিলদু নখোইগী লাকুবা মতমদা ঐখোই অনি খোকুনা হিংচাবা অসি হাংকনি। ঐখোইনা লৈমাই থজা খোকুনা লোইত্তি শিংত্তবা মতমদা মহৈ মরোং অদু নখোইনা লেপ্পা চাগনি হায়না রাশকলে। উচেকশিংনা য়াহনা হিংচাবা অদু উচেক ময়ামমা-য়োমশিনবদা কৈগা উচেক ময়ামগা লাকুবা মতমদা হানগুগা হানচাগনা থাং ভেন কো (চুংগোই) পাইদুনা খোংদা খোক্কুনা হিংচাবা কৈ অদু মণ্ডক কক্কুনা হাংলে (শিরে)।

কৈ শিগ্রবা মতুংদা লৈকুংদগী মখোই পুম্নমক খোক্লে। মখোইনা রাশকপা মতুং ইম্মা উচেকী চুরিং মচাশিংনা ঐখোইগী চেং কৌ চারিবা অসিনি। হিংচাবগী মকোক কর্কখিবদু মখোইগী ময়াইদা থমলগা মী য়ান্না কোইশিন্দুনা লাল চমবগী ঈশৈ শক্কুনা পাথং লৈশাবী কুগোই শারে। লাল চমবগী ঈশৈদু অসিনি।

**RAR KASUNG RAR KASUNG ZA CHIM PHO LE RAR OH KASUNGNA, CHIM PHO LE RAR LIJ KASUNGNA KA RAR SUNGNA KAKANG KORELA !**

অর্থ:—ঐগী লালু শোকুবদা থাংগা চুংগোহুইগনা ফ্রিংচাবগী মঙক করে। ঐগী থাংকোক্রসু হিংচাবুগী ঠুনা ল্লাংশুং ক্লাথন্নে হায়না শকথি।

জগৌই শাধা মতুংদা কৈগী মকোক্কু পনথোংগী মপান্দা কুংখি'া হৌজিক কাওব' কৈবু হাংলবদি লালগী ঈগৈ শক্তুনা কুম্মি তোনৈ। মতমন্তুদা মীওইবগী পুনশিই অসি চহি লিশিং অমা পুনশিই হায়নৈ।

মখোইনা লৈমাই থক্তা পানবদা মখোইনা আইন শেমলে। মোশমগী ধারাশিংগা মুচরগী ধারাশিংগা মখোই অনিগী নিংঙোন চহু লৌনা লৈনবা যাই। মোশুমগী ধারা মশেন অমসুং মুচরগী ধারা মশেম লৌন লৈনবা য়াদে নামুংই। মখোই মশৈন লৌনরবদি য়েকনি। নামুংবগী ইরাং পুজা তৌনবা মুপী, মুপা, থুম ওক অমমম দন্দি তৌনৈ। মুপীনা মীয়োনহুনা মচা পোক্রবশ মখোই অনি মতৌ মনাও ওইনা পানবা যারৌই হায়না আইন শেমলে। তাইনচু হৌজিক কাওবা চংনরি।

মতম অহুদদি পকনগী ধারাশিংনি হায়না পকন জাতি হায়না থংনৈ। চহি কয়ামুকী মতুংদা অংনান কৌবা ত্রিপুা অমনা নিংথৌ ওইচুনা থুংকন পাঙ্গল ওইনা পানথি। মচুগী মিং লৌরগা অনান জাতি হায়না কৌখিবনি। হৌজিক কাওবা অনান মশেন য়াঙ্গাংনবদা পকন ঐখোই হায়নৈ। অচুমবা পকন জাতিনি হায়নৈ। অদুবু নিংথৌ অমগী মিংথো

অমাম পোমবগু কৈ। 'অহানবদা 'মখোইনা সমক্রে কনানা' খুম শেমত্রুবা' পাৰখি। খুমক অদু ঈশিং ঈচাওনা খুমগনি কাক্রুম' ৱাংনা ৱাংমা খাংথক কাহুমা শাখি। হৌজিক ফাওবা অনানশিংনা মখোইগী য়ুম ৱাংনা শাৰগা উপাক থাৰি। মকমদু শুমরোল কৌই। মতমদুদা ৱা'বেল কৌবা মিপা অমনা' মমুম য়াম্না ফজনা শাদুনা শঙ্গাবদা মহাক্কী য়ুমদুবু ঈশৈংনা থোনখি। ঈশৈ অদু অসিনি।

*Uanguel eh, uanguel eh, kase zam oh, uanguel eh, eh, kase zam oh, wanguel eh. hesula luwngtho kena thakawa? Hesula luwngtho kena thakan san oh zong oh thima luvar khuwug hmin thima.*

ঈশৈগী অর্থ—ৱাংবেল ঐগী য়ুম ফজবা মনুংগী ফক্লাংদা কীজেৎ লৈতেন্নচিংবা লিক য়ানবা য়েংবদা য়ুম্লা কজে। ফজবা য়ুম অসিদা হুংগাইনা তুমবদা নো· ঙানবগী য়েন খোংবা তাখিদে। লিকতু AKAHRU KEH কায়বচুনি। কুহৈম্নদা ময়ীশিংগী লৈতেংনি। মমল য়ামলবা লিক অসি SOMZOL কৌবা সমুদ্র মপান্দা খুন পানবা মতমদা ফংবা লিকনি। মতুদগী মথং মথং লাক্তুনা TEZOL (তেজোল) কৌবা লমদা পানখি। মখোইনা পানবদা মী খরা অশি অনা থোকলে। খুমদু শাদোক্তুনা মথং মথং লাক্তুনা কেলেবুং কৌবা লমদা পানখি। মকম অসিদা কৌ চেং য়াম্না ফংবনা ইনাক, কৈরাক, খুনহুনা য়ুরো'বসি হৌদোকই।

য়ু হোংবদা শেং ইন্নবা কীরোল শাবা হৌদোকই। হ্নিংথা (HNINGTHA) কৌবী ভূমী অমনা কজবা কী শাখি। কীরোল কজনা শাবা অসিনা অমম জাতিগী হৈ মবানি।

যু হোংবদা ময়াইদা লেপতুনা ঈশৈ শকপা মীশিংবু কন্থাংগী মিং লৌহনা কন্থাং কৌনরি। কন্থাং কৌবা নিপা অমনা হ্লিংথা কৌবীনা শাবা কাহু ঈশৈনা থোনখি। ঈশৈ অহু অসিনি।

***Kapi bu khong:: oh kapi Hningtha bu khong oh mente men hlung kasu thin. kakulen ha kabangde !***

ঈশৈ অসিগী অর্থদি ইবেন হ্লিংথানা শাবীবা কী ফজবা অসি হয়াও কুম্মৈ খুদিংদা মী পুন্নমকনা য়েংনৈ। ফজবা কী অসি শেংপা হৌত্রিবৈঙদা ইরেংবান্দা থমজুনা ফমজগে হায়না থোনখি।

যুহোংবা অসিদা ঈশৈ হনবা কন্থাং অসিনা মুমিংপুস্ত ঈশৈনা থোনখি।

CHUNGNI OH HANGTHUTE SOM SOM EH ZA CHUNGNI OH CHUM THAR BANGTE PANGNU EH ZA PANI OH NA-NGE PUKHE HOMO EH.

মসিগী অর্থদি চুমিংনা থোকপদা মুংথিল ওইরি। মহাক্কী মঙাল য়ৌদবা লম লৈতে মহাক্কা চাংদমনগদবা মপু লৈতে। অমুক ঈশৈ অমা শকই।

KALEBUNG OH CHONG KHUWNG PA RING DIING DIING EH LAMBU OH A ZUNG NEM NEM CHONG TIEH LAMBU OH AHUNG NEM NEM CHONG TIEH CHALE OH VANGMA SINRIRA.

ঈশৈগী অর্থ কেলিবুংগী চিংদা যু হোংবদা পাখং লৈশাবী শিংনা পুং য়ৈহনা পরেং পরেং শানা জগোই শাখি। মতুবা

ইচিন ইনাও ইচন ইচে খিবিক উনবা ফংখিরমই। কেলিবুং অসি অনান জাতি লৈবগী খা থংবা চিংজাউনি। লম য়াম্না কৌ চেং য়াম্না ফংহুনা য়ুহোং চাকহোং তৌখিবনি।

কেলিবুংদগী মথং মথং লাক্লুনা TANG SUWNG চিংদা পানখি। মী য়াম্না শিখি। মতুগী মরম্না তাংশুংবুং হায়বদি অশিবা চিং হায়খিবনি। মতুগী ঈশৈ।

## *TANGSUWNG BUNGKI HMIKHO KHU VISA VARO MANG MOZE, VASA VARO MANG ZE.*

অর্থ:—তাংশুং চিংদোমদা মৈথুনা কারিবসি মী শিবগী মংচেন শা হুই, ওক, মৈদা লৌবগী মৈথুম্না হায়না ঈশৈনা থোনখি। ঈশৈ অসি মী শিবা মতমদা শকনৈ।

মখোইনা তাংশুংবুংদগী অরাং নোংপোক পাংনা কুমথহুনা ARUWN কৌবা মনিপুর তুরেনগী KAMTUNG SUL কৌবা মফমদা লানহুনা মখোইবু কাংলুপ অনি থোকনা ক্লাইনরে। অহানবা কাংলুপনা অনান লামফৌনচিংবা লমদা খুন শেমহুনা পানখি। অনিশুবা কাংলুপনা হৈথা রালরেন লোমদা লাক্লগা খুবুং চিংদা পানখি। হৌজিক ফাওবা খুবুং খুন হায়না কৌনরি। মখোই অসি মোশুমগী শাগৈদা শাগৈগী মিংথোন কুস্থ্রা মাপন (৩৯) মুচরগী শাগৈগীস্থ মিংথোন কুস্থ্রা মাপন লৈরী। শাগৈগী মিংথোল অতুকী মতিক লৈরবস্থ শাগৈ মশেন নিংগুোন চন্থ লৌনা লৈনদে নামুংনৈ। মখোইনা মচা পোকপদা অহানবা পোকপা নিপাদা মিংথোন তরা লৈরী। ফুপীদস্থ মিংথোন তরা লৈরী। মতুদি নিপাদা মোতে কোস্থু অংকু বেকু থুমপা, মোনো কোনো অংনো বেলো থুমনো

ভরানি। কুপীদা খিজু তোম্নু শংচু পেন্নু কান্নজু, খিরে। স্তোল্লো শংনো পেনো খুমলো অসিনি।

মখোইনা খুন তাগবা মফমদা য়েরুম মচিন খরা হোৎল্লগা মৈথী মৈতাল মথক্তা খিল্লগা মাইবনা মন্ত্র শোনজুনা চায়। ঐখোয়না মফম অসিদা খুন তাজনা লুংজাইনা পানগদবা ওই-রবদি য়েনরুম নহাক্কী মহি অদু জুমিংখা থোকপগুম মপান্দা কাপথোকপিয়ু। কংলোইদবা ওইরবদি মহিদু মপান্দা কাপ পিগন্নু হায়না খুদম য়েংনৈ। মখোইনা মথং মথং য়েরুম থোংজনা য়েংবদা কাখিদ্রে।

অনান খুলেন অসিগী মফমদা উমাইবীগী মকুমনা খুদম য়েংবদা য়াম্না কৈ হায়না খুন তাখি। শাহিং ঙাহিং চাবা উমাইবীগী মরুমনা খুদম য়েংজনা খুন তাবনা খুনসিদা শা লানদা কীবা লৈতবা মী পোকনি। অমস্তুং মরক মরক্তা মখোই মশেন হাংনা শুনবা থোকই। (অনান খুংলম খুন্দা)

খুন অসিদা অহানবদা অংনাল কৌবা নিপা অমন' নিংথৌ ওইখি। মহাক্না নোঙাগ্রবদ শা লানদা অথোব টোমখেল কৌবা নিপা অমা থোকখি। মহাক্কী মরুপ রোহ্নুং কৌবা পুজনা কবো তম্নপাক্তা লাল তাখি। লাল তাখিবা মরমদা খুন্না মখোই অনিবু ঈশৈনা থোনখি। ঈশৈদা রোহ্নুংবু থাগংখি।

টোমখেলনা শাওজনা মখুনজাগী মী খরা হাংখি। খুনংগী মীশিংনা শাওজনা মহাক্কী মথক্তা লাল তারে। মচা নিপাগা মহাক্কী শন্দং অমগা ফারে। শন্দংনা উদা পুল্লে মচানা শন্দংগী মনাক্তা থমলগা অনিম হাংননবা তৌরে। মখোইগী মনাক্তা টোমখেল লোজনা লৈরে। নিপা অমনা ঈশৈনা

হায়, মচা নিপাদু মপানা মখোইদা ভাকপা রা ং.স্নমক হায়দোকসনু মতুংদা হাংসি হায়না শকলে।

টোমখেলনা থাংশাং পাইরগা ঐগী ইচাগা ঐগী শনগা হাংকে তৌবা করিগীনো হায়না শনগী থৌরি য়ানখংলে। মচাদু পোত্থনা ঈশৈনা হায়রগা চেনখ্রে। করি অমতা তৌবা ঙমখিদে। মতুদগী থুম্না থাং তেন পাইত্থনা তাল্লে। মহাক্না হুই লাবা অমা পুরগা থুবম থিরবা উমংগী উজাও অমগী মথক্তা কারগা উগা মরক্তা লেপ্তুনা লৈরে। থুনগী মীশিংনা উজাওগী মথক্তা লৈরে খংদুনা তেন য়াম্না কাপলে। পানবা ঙমদ্রে। মহাক্না হুইদু হাংলগা ঈ য়াম্না তাহল্লে। মখোইনা শিরে নিংদুনা মীরাম উজাওদা কাবদা মহাক্না থাংশাংনা মখোইবু লোইনা হাংলে। মখোইগী উপাই লৈতবনা থুনদা হনখ্রে। মহাক অহিং অমা উথক্তা লেকলে। মহাক্না ঈশৈ অমা শকই। ঐগী ইমংদা উজাওগী মখোংদা ঈশিং চেল্লমই, অয়ুকতা উজাওদগী কুমথুনা য়েংবদা ঈশিং চেনখিদে হায়না শকই। থুনজাগী লানদু থাংবা ঙমদবনা মাগী শন ওক লোইনা হুং ওলহনথুনা মতু মচা পুরগা বুম্না থংবা শুরাম এরিয়াদা মহাক্কী মরুপ রোত্থুংস্তু মহাকা লোইননা চেনখ্রে। শুরাম লমদা পানখি। নোংমদি মখোই অনি অকন অথৌ চাং য়েংনরে। রোত্থুং তুবনা মংক হেক্তুনা নোক্নাখ্রে। মজাও তোমখেলনা পোংলোইবিরে। রোত্থুংগী মিং জৌরগা হল্লুংপে খুন কৌখি।

টোমখেল থুনদু থাদোক্তুনা মক্ষম অমদা খুন শেমলে। রোত্থুংগী মচা নিপা অপিশকা মমাগা টোমখেলনা য়োকই। অঙাংদু খরা চাওবগা মপা শকপা টোমখেলবু তেম্না মথুর্ত্ত কাপলে। খরা শোকপগী টোমখেলনা করিস্থু থৌশাখিদে তেন অচিনদা হু য়াওবনা অহিংদা খংহৌদনা টোমখেল

নোঙ্গাথে। পোংলোইবা মকম অদু টোমখেলগী মিং লৌদুনা টোমথাং কৌখিবনি ভুংদদি ভুথাং থুম কৌখি।

মতম থর লৈরগা অমান খুলেনদা লুখ্রাবীগী মচা মুপী ংশক মতৌ কর্জবী থিনু থিসেল কোবা লৈশাবী অমা লৈরমই। মহাক্না লৌ ভাকপা মতমদা রাংব্রেল লাইনা তাই বং মীগী মূর্ত্তি লৌরগা পাখং ওইনা কোইরে। মথোই অনি মুংশিনরে। মমাদা তাক্নুমা লুহোংবিরে। মুপী মমুমদা চহি অহুম য়াওং ইরে। মুপীদা চহি অহুম য়াওং ইমর্বাস খাংব্রেলনা লৌদোকই। মহাক্না য়াওং ইনবা মতমদা অমাংগী পাখংশিংনা মুং হুনবা হৌজিক কাওবা মুংকেচিংদা লৈরী।

য়াওং হুনবা মতম শুরম অহিংদা থিনু পুদুনা চংলে। থিন্দুনা ইমানা থিরুবদি হায়না লম্পিং মচেং মচেং লম্বীদা থরদে। মমানা খুরমত ইনদুনা থিবদা চকপী তুরেলগা ইম্ফাল তুরেলগা তিন্নরা ইরেন্দা মাংখ্রে। মমা কপাইনা রাংব্রেল নিংথৌ ইরেংদা থোরক্নুনা মনেমপোক্পা কপাকহ নচা মুপীগী অরিদা লৈরী। নহাক্না উনবা য়ারোই হায়না ভাকই। ঐদি কনানা য়োকখিগনি হায়, রাংব্রেল নিংথৌনা ঐমা নংগোন্দা উত্তোং অমা পিগে। থুন য়োবরা পন শাদুনা উত্তোংদসি কাংদোকউ। শন্দং শনবী অমা থোকনি। মচা পোকপা মত য়োনদুনা ঐ চেং লৈদুনা চাও। মদুনা নচা মুপীগী মংকং ওইগনি তাকই অমস্তং মনেমপোক্প থিনুগী মফী পিনিংই হায়। নিংথৌনা মীনা রাংব্রেল লাই হরাওবদা কংলু হায়না ভাকই।

রাংব্রেল লাইনা ভাকপা মতু ইম্মা তৌরবদা শনবী অমা কয়লে। রাংব্রেল লাই হরাওরা থিনুগী মফী মনোপ

হাপচবসি "L. THUMTHUNG CHIEF চান্দেল খৃষ্টান মহাকনা অয়াম্বা পাংবীদুনা কোংতরী। অয়ানবা লৈরবহু মতুংদা চুমথোকচগনি। ওঝা থুম থুংবু মাম্না থাগৎচরী। তুংদা অনানশিং মক্লা কিস্তোরী ইবদা শেংনা চুমথোকপিগনি নিংজৈ।

——————

# অনান শাগৈ
# রুনদার অমসুং রুগ্রল

অনানশিংনা দারজোলদা শানবা মতমদ: মোহিলং কৌবা নিপা অমনা মচানিপা মোদিলগা, রালহিলংগা নিপা অনি পোকই। রালহিলংনা থুংজাই মুপী হাংরম লুহোংদুনা লৌরে। রালহিলংগী মনেমপোকনা মরক মরক্তা মচা মুপী হাংরমগী মুমদা লাকই। নোংমদি হাংরমগী মমা মথুনদা হনবা মতম দা ঈশিংদা ডাদুনা শিরে। (মাংরে) মহাক্কী মচাশিংনা থিবা কংজ্রে। মতুংদা মমাক নিপা রালহিলিংবু চিংনদুনা হাংরমগী মুমদা মবুংশিং লাক্লগা হাংরমগী মপুরোইবা রালহিলিংবু হাংলে। হাংরম্বুনা পূদুনা মথোইগী থুনদা হনজ্রে। মবুংশিংনা হাংরমদা ডাকই। নহাক্তা মীরোনবা অসি নিপা পোক্লবদি ঐথোইনা হাংকনি। মুপী পোক্লবদি হাংথলোই হায়না ডাক্লে। অঙাং পোকপা মতম শুরবদা হাংরমনা মচা নিপা অমা পোকলে। হাংরমগী মনাও মুপীশিংনা নিপা মচা অঙাংছু হাবর্পা মুংশিদুনা মুপী মচা পোক্লে হায়শিনজ্রে অমসুং মথোইগী

মবুংশিংনা নিংজ্রোনশিংগী থাক্র থ্যুজহনা অঙাংছু হাংল্লে। অঙাংছুগী ইমিংস্তু মুপীগী মিং লৌহ্না বোইরম কৌখিরে। মুপীগী মনেক শেংপিহনা মমাতোনশিংনা চফি শুর মরি মচা ফাওবা লোংপিরে। তুংদদি অঙাংগী মামাশিংনা নিপা মচানি হায়না থংনরে। মহাকপু হাংননবা হায়না য়ুমদা লাক্লুনা থিবদা মমাতোনশিংনা অঙাংই য়াংকোকনা কুপজগা লোংপিহনা থিবা কংজেল্রে। অঙাংদি উসি অহিংদা চেনখ্রে হায়রক্লে। মামাশিং-চংথবা মতুংদা (চনখ্রবা) অঙাংগী মমামং মকাক মসিদা লৈরবদি পোকইদনা শিংবা তারে। নহাক থুনা নপাগী থুনদা চেনখ্রো হায়না থাং অমা পিরে। নহাক্না থুনা চেনহ্নুনা তুরেনগী মথক্তা। থানা শাবা খোং লাম্হোক্লগা খোংহ্রু থাংনা য়ামহনা মাংহনলু। নহাকী মামাশিংনা তাল্লবস্তু নহাকপু কংলোই অমসুং ঈশিং লানবা ঙমলোই। নহাক্না খোংহু থাংনা য়ানবা মতমদা য়াল-হিলিং চাপা শিঙ্গারুং হায়রগা য়ানবিয়ু। খোং য়ানবা মতুংদা নপাগী থুন তানা থুনা চংলু। থুন থুংলবদি নহাকী তাদা শিনরুংগী য়ুমদা থুংউ হায়বা তাকই। মহুৎগী মরম্না শিনরুংবু পীবানি হায়খিবনি।

মমানা তাকপা মতুং ইমা থবক পুম্নমক তৌরে। মতুংদা অনান মুপী শংতা লুহোংহনা মচা নিপা পোক্লে। মহাক্না মাবু মমাতোনশিংনা য়াংকোকনা কুপপিহনা লোৎপদা হিংজবনি অহনা মাগী মচাগী মিং রনদার থোনখি। অনানগী লোনদা য়াংকোকপু রিদার কোই। মহুদগী মিং লৌহ্না রুনদার কৌখি। মহাক্না মচা নিপা মরি মুপী অহুম মী ওবেং পোকই।

মখোইগী মিং রুনদার, রংছু, পাসের, রংরুম মরি অসিনি। অহুম শুবী মুপী শংদোনদি খোংয়োনদা য়ুম পানখি। মখোই মচিন মনাও মরি অসি তুংদদি শাগৈ মরি খোকখি। মতৌ অসুম তৌনা অনানগী শাগৈ মশিং য়ামখিবনি।

তাঁমজেলদগী "মথং মথং" লাক্লগা থুনকম থকবা ঙেরুম থোংচুর্না থিরকমই। থুনকম অকবা কোংথদে। ভুংবা অমা খুলেম অসিদা উমহিবিগী য়েরুম থোংচুরা য়েংবদা যাম্না-কথি। মচুদা থুন শেমলগা হৌজিক কাওবা পীল্লি।

চহি কয়ামুকী মতুংদা কুনদার শাগেশিংনা ওক অমা ভাগা লংবদা ওকতা পানদনা মহুথাইগী অকল অমা ত্তানা পানবুনা শিরে। কুনদারগী শাগৈশিংনা ঐ ত্তাবা থুন অসিদা ঐথোই পাম্লোই হায়না অংচিনা থুবুংদা চংতুনা পানখি। কোম্লোনা য়োমকুদা চংতুনা পানখি। তোংবানা রিংকোদা (মোখি) চংতুনা পানখি। জিংরোলনা মচাশিং কুমনে কনম্লং মোম্লো পুংনা খোংতোন্দা পানখি। খোংম্লোন থুনগী মী থর অতোপ্পা থুনদা চেনখি। চেনখিবা মীশিংদু অমুক খোংয়োন্দা হন্না কুনদারশিংগী শন্দং অমা হাংলদা অত্তোনবা মোকোনা ঐনা পামবা শম হাংলে হায়না অমাদদা হনখি। কুনদার শিংনা অনান থুলেম্না হৌজিক ফাওবা পানখিদে। খোংতোনা পানবশিংবু কুএল হায়না খংনৈ।

অনান জাতিগী মোন জাত্তি অসি থহৈনবগী তোংচুনা পানখিবনি।

চারু (হুতেনভেগী) শাগৈ অনান

চাক শাগৈদা হয়চুম কৌবা নিপা অমগী মচা নিপা রারুগা বিখি নিপা অনি পোকই। মথোইনা থিচংকুং চিংমা পানখি। মতম অচুদা হৌজিকী লিরাংসরাই থুনগী মোংচুপ শংবা ভম্বাক্তা থুমথোং অমা লৈ। হৌজিক কাওবা লৈরি। থুমখোংদু থুমগী শা অমদি লমগী শানিচিংবা শাজল শজিনা শজিক চারমই, ঈশিং থরুমই। থুমথোংদু বারুগা বিখিগা

